# সাতা ব াস

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

খোর্জেঙ্গী খু
এপ্রিল—মে, ১৯

কোওবা—থোর্জে মশা।

থুংনম—অহানবা, ১৯৩৬ ইং ( মে ২৫ );
অনীশুবা, ১৯৮৯ ইং ( ফেব্রুয়ারী ১০—ইরাই, শ্রীপঞ্চমী )



লাইরিক মশীং—৫০০ ( চামঙা [illegible]

অদু পুন্নমক থোর্জে মশাগীনি [illegible]

মমল—লুপা ২৫, ( কুমঙা ) দ[illegible]



নমা—মেসর্স আর বি প্রিন্টিং হাউস,
নাগা মপাল, ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )

ফংভম—( ১ ) মণিপুর সাহিত্য পরিষদ,
পাওনা বাজার,
ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )।

( ২ ) শ্রী[illegible]ভন সিংহ,
উরিপোক, পঞ্চায়মনীং,
ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )।

স্বর্গীয় শরোংথাইবম খুড়া থবোদা—

খুড়া,

নীংসিংলিব্রা খ্রীষ্টগী কুমজা ১৯৩৬, জান্নুয়ারীগী তাং ৩১, নচাগী জীবন-তারাগী অহানবা অস্ত-ছুমিৎ—নহাক্না নমিত্তাঙৈরা চেন্না রাবিখিবা! ঐনা শনিগী দশাদা বন লেখিবা, শাপ মথং মথং নং পুননি পিরোয়-পিথরখিবা শ্রীরামগী উত্তরজীবনগী সীতা বনবাস ই নঙোন্দা উৎসর্গ তৌখিবা।

ঙসি চহি ৫৩ গী মতুংদা নঙ্গে অমুক—কৎলি নচানা নোহোনা অমুক। লৈচিল নোংথোঙ হাং খুৎকংননা লোয়রো লাউ!

নচা

ইমোতোম্বী।

# ৱাহৈ অমনীদং

সীতা বনবাস থীয়েটরগী কুমজা ১৯৩৬ কী মেগী তাং ২৫ দা মঙাল উথিবনি। ঙসিদি চহী ৫৩ হায়রে। অমুক্ত নমথোকে ওয়েক্তববু হন্দক্তি ঈশ্বরগী কৃপাদগী ওয়রে। ককথোক-ককশিল, হাপ্তোক-হাপচিল ফনা নীংথিনা তৌরে—অনৌবা অমগুম থোক্লে। থায়নগী নাটকী মওং হেন্দুনম তাশিল্লে। সংস্কৃত-নাটকী মঙালদি ফনা নীংথিনা মফংনরনি। স্বরে হায়বমক্তি নত্তে, বিদ্বমক্রচিংবা য়াওদে। য়াওদবসি থঙদবনা নত্তে। নাটকসি ঐহাক ইশাগী জীবন-তাৱাগী অহানবা অস্তগী ৱায়বা মতাংদা অৱা-মৈশা থাঙবা ওইনা ইথিবনা বিদ্বমক্কুমা মূর্ত্তি শাগৎপা পামথিদে, থেঙ্নিনবা ফনা লৈত্রবা ঐগী মওংতুমক্তা সাগৎপা য়াম্মি।

নাটকসিগী বিশিষ্টতা অমনা বাল্মীকিগী শাপনা মথৌ শঙলবা তাৱাগী শাপ্পা মরমতুনা শ্রীরাম্না মনীং থুংনা দুঃখান্ত-লীলা শারথিবসিনি। মিংগো থাগো সংস্কৃতকীনা হেন্না পক্লঙম থোকপনা অত্তম মশীজিন্নবা, মৈতৈগী থরা য়েং শব্দরূপকী নিয়মদি লোইনা ঙাক্না চত্তবসিনি।

লাইরিকসিনা অহানবা মঙাল উজবা ফংথিবসি ঐবু ঙংশিবিবা মীকোক অহমগী থৌজান্দনি—

(১) ঐ ইশাগী ওজা লৈখিত্রবা পূজনীয় পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন।

(২) ঐগী ইশেল ইবুঙো, শ্রীখুমুকচম ইবুঙোহল সিংহ, থাংজম লৈকাই (থাগেমপল্লী)।

(৩) ঐগী লৈখিত্রবা তাইবুংঙো শ্রীলোরেম্বম মণিসিংহ।

স্বৰ্গীয় ওজানা লেম্না ফোঙবীবনি, স্বৰ্গীয় তাইবুঙোনা লেম্না নম্বীবনি। মাননীয় ইবুঙোহলনা চে লৈবিবনি।

সীতা বনবাস ঐগী অনীশুবা মতাম উবা লাইরিক্তি। ঐনা ওসি সমাজগী সেবা থরদংফংজবগুম তৌরিবসিগী লম্বী-পম্বীং-শেম্বাং-য়ানবিরম্বা পরেংদা মথোয় মীকোক অহম্মসিনি চৈগোক্তা খুৎমাবিথিবা। চিরঋণী ওইরবনি মথোয়দা।

খোম্বৈ

## অভিনেতাগণ

রাম

লক্ষ্মণ, ভরত, শত্রুঘ্ন, সুমন্ত,

সূত্রধার, বাল্মীকি, ভরদ্বাজ, ব্রহ্মা, বশিষ্ঠ, হনুমান,

ভৈরবনাথ, দুর্বুদ্ধি, দুর্মুখ, শম্বুক, পদ্মক, বাগীশ, শাস্ত্রী

ভোলানাথ, ধর্মব্রত, চারণগণ, সভাসদগণ, নিংখোগণ, ভেকোল,

লব, কুশ।

## অভিনেত্রীগণ

সীতা,

উগ্রচণ্ডা, পৃথ্বীমাতা, তারা।

# সীতা বনবাস

## নান্দী

### শ্রীরামদা স্তুতি কৎপা

( সূত্রধারগা নটীগা মথুং লোয়ন্না লেপ্লবা )

সূত্রধার— যঃ পৃথ্বীভরবারণায় দিবিজৈঃ
সংপ্রাথিতশ্চিন্ময়ঃ
সংজাতঃ পৃথিবীতলে রবিকুলে
মায়ামনুষ্যোহব্যয়ঃ।
নিশ্চক্রং হতরাক্ষসঃ পুনরগাদ্
ব্রহ্মত্বমাদ্যং স্থিরাং
কীর্ত্তিং পাপহরাং বিধায় জগতাং
তং জানকীশং ভজে।

নটী— আর্য্য,
শ্রীরামগী স্তুতিনি হায়রদি থওজরে,
মতাং কররা শায়রিগদৌরিবা
'হৃদি থওজত্রি, 'মুক্ত ভাকপিসিগবা।

সূত্রধার— আর্য্যে,
শায়নি অহুকপা দুঃখান্ত লীলা—
সতী প্রেমনা দুন্দা চল,

রাজধর্মনা পান্দা চীং,
লৈবাক্কী পেম্বা অগ্নিপরীক্ষা
'মুক হন ত্রাম্নকপা,
সতীনা পৃথ্বীমাতা সাক্ষী পী
গর্ভদা থুপথিবা,
ফলনা শ্রীরামা পুনশি-কোরৌনা হেক মুৎফাও
কপফোবা—
অঙকপা, পিরোয়নবা, পিনা থূবা
দুঃখান্ত লীলা।

নটী— অঙকপনি আর্য্য,
শ্রীরামা স্মুক থীনা দুঃখান্ত-লীলা
কুম্নরিবসে!

সূত্রধার— তুম্নি আর্য্যো, অঙকপনি, অদুবু
মাগী ইচ্ছানি—
জগৎ-কল্যাণগীনি কিদমগী উরোং
খিন্নবদনি।
কিদম তন্নাই থক ওইবা রাজে থেংনৈ
পুই অন্নাবা চাক,
চৎলি 'দুনা রাম পুনশিদা অবা' থোক্কমগী
থোক্কম চাক।
অসিদম্ব নত্রি লৈব্রি 'যন্ত
মী থওসে লাই থওসে

মানা মানা তৌকবা কর্মই কল থক
চাদবা তৌদে।
হাৎলুই শ্রীরাম বালীবু চাথি শিরাপ
তারা সতীগী,
হাৎলি রাবণ শ্রীরাম্না চায় শাপ
মহর্ষি বাল্মীকিগী।
কপথি 'ডুনা শ্রীরাম পুনশি চুপ চাথিদে
ভোগ নিংথৌগী,
শাথি 'হুবু অতুনা থৌরম পুথা
য়েনা,কল্যাণগী।
অঙকপগী অঙকৃপা ঙাক্নি
অঙকপা মাগী থৌরম,
খঙলুনি কনানা চেন্নি কয়ম
মাগী ইচ্ছাই ঊরম!

নটী— তাকপিসি আর্য্য তৌরুরিবা করম শাপ
মহর্ষিনা,
ইটনি মাগীদি শ্রীরাম ফংবনি সিদ্ধি
মাই নাম্না।

সূত্রধার— য়াবিক্তরগু আর্য্যে লাকপু লাক্লে
আদা মহর্ষি,
মথন 'মুখ্য্ক "ধিক ধিক তোন্নিদা ঐসে"
তম্লি হেক হেক সোল!

ফংবিরনি হৌজিক্তি লোইনা পাউ,

লেংহৌম লেংথোক্লসি !

( অনীমক থোকখিবা—বাল্মীকিগা ভরদ্বাজগা চঙলকপা )

বাল্মীকি— ধিক ধিক তোরিদা ঐসে !
হে সংস্কার কলভবা,
তোঞ্জিদা নঙ্সে,
জম্মকঙ্কণ তারেদো—মাঙলেদো লোইনা
তপস্যাই ফল !

ভরদ্বাজ— তাত ঙসি উচেক্কাপ্পা চৈরুবদগী অথুকপ'মা পোকুম, জ্ঞান মাঙ্ম তৌরিবসিবো ! ঙসাই সান্দস্ম গায়ত্রী জপ তৌদে, মীচৈ 'হুগুম থী, হৌজিক্ষু জ্ঞান ইত্তা তাদে, অমুক থী, ধিক ধিক অমুক হায়, অর্চ্চন-পূজনগী বা ইখন থন্দে, ঐ তৌভম থঙদে ।

বাল্মীকি— করি তাত নঙনা হায়ববু !

( তাঙ্গা অসিমক্তা ব্রহ্মা চঙলকপা )

ব্রহ্মা— কুশলম্,
ঐ নঙী তপস্যাবৃদ্ধি থঙনীংঙ্গনা
লাক্লি তাপস !

বাল্মীকি— ( থোংগুল থোইনা তাকবা লৈতনা )

রাইক কৌবা কংলয় চেকায়া
মতম্না পাজিম্থৈ।
হাৎলুনভায় থংগোং নাম্বা মুঙোল
পাদোংনজরিঙৈ॥

ব্রহ্মা— (থোৗজাল মোমোন) ক:রে মপুং পারে নঙ্গী তপস্যা
মুঙাইরো তাপস!

বাল্মীকি— (ওক্রা) করি হানো প্রভু, করম পাজিবা
ঐগী তপস্যা,
করি করম ফাবিবা মপুং ব্রহ্মণ্
ঐগী তপস্যা!
লাক্নখি শিব ভস্মকঙ্কণনা
তপস্যাগী মমল,
লাক্নদৌরি 'সিরা ঐস্থ শ্রীরাম
তপস্যাগী মমল!

ব্রহ্মা— নত্তে লাক্লে নঙ্গী বিচার তাও ঐ হায়গে
মহান তাপস!
রাবণ-মন্দোদরী চৎপনি কামসেবা
অহিং-চুংথিল,
মচৎনা, থংগোংনি কামদা মুম্না
অহিং থঙদে চুংথিল।
কপকন্থ মন্দোদরী শেত্তোকপি রাবণ
শিনা লাম্না,

খকথি উচেক-কাপ্পা পাল্লুবনি 'ছুনা শাপ
শ্রীরামদা।
মহৎ-বাক্যনিন শোকপনি তুনা,
বাকল্ল তাপস!

হাৎপিক্ল নাম থংগোৎনা পাদোংনরিডৈ
চেক-কাপ্পন,
নাম্বই তেংথাদা শোক্ল নথখোয়
শিরাপ্পবা নঙনা—
তিন্নে তাকই নথখোয় ভগবানগী
শুদ্ধসত্তদা,
ওইগদৌরি নঙনা নিমিত্ত জগৎ-কল্যাণগী
থৌরমদা।
নঙী থৌজালগী থখোয়, পাউদম্নিবা ম্নোকী
মনীংথি
চৎলোই মাঙলোই লেয়া থক থঙ্ মহান তাপস
বাল্মীকি!

শ্রীরামগী অবতার নত্তে হৌজিক হৌজিকী
পৃথ্বীতার কোক্লবগীদ,
অা তুং ফাওগী কল্যাণগী ফিদম পীগে হায়বগীহনি
মীওইবই পন্দা।
পুনশি-নাট্য 'ছুনা চৎলরনি দুঃখান্ত হায়বা
তাকই তারাগী শাপ,

ওকপা রাবা কপ্পা ভুংশিবদা খোংদৌবি হায়বা
তাকই 'মুকনঙ্গী শাপ।
খিন্নবনি খিন্নমনি শ্রীরাম জগত্তা
অচকপা মিংচৎকী উরোং—
সেখনি 'ডনা শ্রীরাম নঙবু সহৃদয়
জীব সকার তৌনবা উরোং
শক্লো হৌজিক্কি রামচরিত, তারো লাদা
তাপস মহান,
চীংসাইরকপা শিরাপ-শিরোকী তান লয় স্বর
চপ চানা পান।
হায়ো উরোং মথবায় হেন্নোরসম্ভ
যুগ খুদিং,
উংহেন্নোরসন্ড কল্যাণগী লম্বী
মীয়োল মীয়োল খুদিং।
খঙনি নঙসে অক্রকপনি
ওইমু কবিদ কবি—
জগৎ—মানি সৃষ্টি ঈশ্বরগী
কল্যাণমা কবিগী।

ধন্যানি, কৃতপূণ্যানি নহাকসে তাপস—
কুশলব্

( মৈ মুৎপা )

# অহানবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### লৈমকোল !

( সীতাদেবীনা রামচন্দ্রগী চিত্রপূজা তৌবা—লৈ, চন্দন, ধুপ, থাউমৈ কৎপা ; রামচন্দ্রনা রাজসভাদগী লেঙখিরকপদা খেংনরবা, লাপ্লপ লোম্না ভুংশিনা য়েৎহুনা লেম্না ; পূজাগী পোৎলম স্নুনা কৎপা লোইরবদা সীতাদেবীনা প্রার্থনা তৌবা। )

সীতাদেবী— হে স্বামিন্, হে দেবতে,
ননাই তোল্লবী জানকী কৌবী ঐনা
কচ্চরি নঙ্গী শ্রীচরণদা
মুজা-ওইবী ইপুনশিনা লৈরাং শক
প্রেমগী চন্দন চাই ভক্তিগী শেন্দা !

পীঃনৌ, পীঃনৌ রঘুমণি,
তোল্লবী ননাইনি,
শ্রীচরণ কাউদবা থম্মোয়,
মপোক মপোক মুদিং কংজরবা
নঙ্গী খোঙজাল !

মুপীগী জাত্তা পোল্লবী,
শাস্ত্রগী জাম্দা পঙলবী,

ভজনগী নিয়ম খঙবী,
পূজনগী বিধি কংদবী
সাধনগী লম্বী চত্তবী
তোঙবী ননাই সীতানি !

রামচন্দ্র— জানকি, চান্নবি ! ( সীতা কুক হৌগৎপা, খোঙখোং
রাংনা চঙশিনবা । )

সীতাদেবী— ( চঙশিন চঙশিন ) খবায়গী মবুঙো !

রামচন্দ্র— ( সীতা ওঙ্গা ওঙ্গা ) কদায় ঐগী শকক্তি, কদায় !
চিত্রগী প্রেমদা চাওখিছনা
প্রেম অপূবা হৈথখিবনা
লৈহোৎরোইদোখিবয়া ঐগী শকক্তে !

( সীতাবু থাদা কোনবা,
কে মা কোম্বা ) মেক তুম্বাংদি হন্দেদো চান্নবি
কদো মথুক হাম্বা,
হনবমনে চান্নবি !

সীতাদেবী— ( অভিনয় কোয়না ইশৈ শকপা )

( ইশৈ )

পাম্বু নঙ্গীনি লেংলিবা লৈয়াংগী
পত্রেংলে !
নঙ্গী প্রেম লংলানা লেংলি,
পুনশি-লৈকোল লৈকয় ওইবি,

থবায়-হকচাং পুক্সীং-লৈবাং
লেংজখিয়ে থম্না থম্না !
পাম্‌ নদী শউম কংডে,
হুংশি নদী ননম ডাইডে,
লৈয়েংবিগী ধর্ম লো লৈথি ইথো ওই
চৎলি কোয়না !
হকচগে পাম্বা ওক্তা,
পেজগে হুজা ইবুক্তা
ইহুং-চুথা লেংজকবা লৈবাংগী
পয়েংসে !

( রামচন্দ্রদা লৈপয়েং হকপা, হক্লা হক্লা )

হন্রেদনা যেক্‌-তুফাং থবাই মবুঙো
মবুক হাপ্লা !

(রামগীতা হুংশিনা য়েংবৈ, যোযোন নোঙ্গিবৈ,
কোনশিবৈ হুংশিনা অনী )

( বৈ মুৎপা )

# অহানবা মতাং

## অমৗম্বা উৎপা

### লম্বী

( ভৈরবনাথ কোয়রকথদগী ইশৈ শক্‌না হল্লিরকপা )

ইশৈ

ভৈরবনাথ—

শাংলে লৈয়াং লৈকা ফরও
চুম্মো লৈহি পেরও
কম্রি ছুম্রি পুক্নীং থোইমুও,
চেক্লো লৈথোং খুংনও।

ইঙ্গং পূজোয় লৈরিবৈ
লৈয়াং লৈথোং থিহোবো।
পাগল নঙ্গী কল্লিবৈ
লৈথোং মৈনা পাইহোবো।

শাব্বাস্ শাংলে লৈয়াং ফরও
চুম্মো পেম্মা লৈহিও।
ঊব ক্যা পুনশিনা হেন্দৌ কাম্বিবৈ
পুক্নীং হেন্দৌ কাহোবো।

( পট পরিবর্ত্তন )

## মুন

( উগ্রচণ্ডা কৈথেল কাথিবা ; মুন পুনা লোনবা ;
ভৈরবনাথ শাউবা। )

ভৈরবনাথ- আচ্চা ( হন্দোক্না নীঙাংননা ফবা, মথুং থুকউদা ভিংনা থবা, উগ্রচণ্ডা পোং পুডনা কৈথেল ফুমকপ উবদা শাউনা ডক্তোক্না ) কৈদা চংলুই হায়, নঙ থংত্রা নঙ ?

উগ্রচণ্ডা— ( মেংলম্নগা মচু পৈথোক্না ) লাকফাত্রিঙৈনা চিকপিগদোরে করি থোক্না ভোজবা সাম্বিবনো, রাদবা মীন: থঙবা হৌনদে, নোং মুং ডানবদগী ফি কোকথোং ডর'/কুন পুরে, ফমিং রাথোঙ লোম্নগা চাক চথোম অমত্তুং চেলা চারগা হকোক শিং নাজবমথে, হয়েংগী করিমত লৈতে হায়দুনা, থুদোল লৈবাক ডাদনা কৈথেল ঙহাক্তং চেম্লুবদা, ইমাইপেম্মা, শিরু শিজনিংঙেদা, শিবিখিত্রেদা, দাহসি লৈথিত্রবোইদকো—!

ভৈরবনাথ— মচীনবু থীবা সাম্নিয়ে, লৱায়চপী, কৈথেনবু নোংম্নাই চবুক্লোনকাও কাবরা ! নঙনা ভোজবা সাববু থঙোই নীংবরা ! ভোজম্বু হায়, নঙন্তু চফু মচেং ইরান মচেম্ভগী হৌদোক্মিরবকপনি মেংবিবনি। ঐথোয়দি ফিশুকপী জাতবু পোকই হায়বনি, নিপাগী ইজ্জৎ অমদি ফজনা ডাঙ্গা চংলিবনি ! মীনা চিনপ্পবা চাম্নবা হৈ লৈপা থূঙ্গিন্দুনা রামচন্দ্র-হোয়দোনা থবিগদবা নত্তে থঙজো, হৈনা চক্কো, চোপচনি !

উগ্রচণ্ডা— ঐদি সীতা মানবনা! নিপা অমাকপা থুদিং ভিকা হাগ্গ্‌না প্রেম ভিকাদি তোকখেবনা! নঙনা ঐবু ওদি পঙ্গহায় হায়বা, পঙ্গতো তোবদি কৈত্রই মাগদগে!

ভৈরবনাথ— 'অহৃদি তৌথে, কমদোগে হায়বগে' (চোংশিন্নুনা হুবা, উগ্রচণ্ডা চেল্লোকখিবা)

(মৈ মুৎপা)

# অহানবা মতাং

## অহুমশুবা থৌগা

### লৈবা

( দুর্বুদ্ধিগা দুর্মুখগা মায়গী অনীদগী চঙলকপা )

দুর্বুদ্ধি— ইবাইহল, করম পাজি !

দুর্মুখ— মশেল, হুন্ডাইয়েনা।

দুর্বুদ্ধি— করম্না ?

দুর্মুখ— ইকোম কোয়েনা, ধর্ম হায়বা লৈত্রে, তুরন হায়বা লুপ্না হায়বা লৈত্রেনা, হৌজিক্তি ইরোদ লৌবা য়ায়েনা। অতুম্বম সতীনি হায়বে। অসিদগী হেন্না হুন্ডাইবা অতৈ করি লৈরিবগে !

দুর্বুদ্ধি— কদাইদগীনোদা ওহোক ওহোকপা চাক, ওইদবা চাক চাওবা হেক তম্মিদা ঐখোয়গী ইবাইহনহোয়সিদে।

দুর্মুখ— অওইবনিনা হায়, মসিদে পথ্যদা।

দুর্বুদ্ধি— করম্না য়াম্বিবনোনে ?

দুর্মুখ— মসিদি পংজেনা ! য়াম্না শীতা পামবিবলে উদম্না ! মীনা চহীচুম্না পামককবা হৃপীবু হুমেদা পুরকনা পামবিব-

সিবু হোনবরা ! লৈমা নিংথৌ হায়বসিদি য়ায়া লুবা পোৎনি, লৈবাক্তী মপী মপানি, খ্বায় লৈবাক্তী ফিদম্নি, নিংথৌ মানা মীনা চিনশ্রবা চাশ্রবা হৈ লৈ খূনবদবু লোইরেদনা, কয়ি অমুক লৈরিবা !

দুর্মুখি— হোয়, অহুব্দি চুপিনে। ঐখোয়গী নিংথৌসে মীনদি লাইদোনা থাংগৎলৈ অহুবু ঐদি য়ানিংদবনি, মাগী শাজৎসি য়াম চুমদবা জাৎনি, অতোনবদনা চৎকদৌবা— চৎনবা শাজৎনি। হায়কবদি য়াদেদো, চৌন-লৈ কক্তনিদো। অহুনা চীন-লৈ চিক্ত্না অহুম মরৈবনি, লৈবা অহুম মতাবনি। অহুগা বাগী মতাউনি ঙসিদি মহায়দোক্লগে নোক্লীংবা অমা। নমথাক অমব্ কনা কনি ইবুঙোসিগী। সীতাবু চাক্তে হায়বা মৈতাসিবু কয়ি মৈতা ওইরিগদৌনো, লঙ্কাগীদ ওইবা মৈতারা ! ঐখোয়গী হিমালয়না নমঙা ওইবা সমুদ্র অহয়া থৈবা, ফুমিৎনা শগোল তরেৎকী দোলাইদা কোয়বদা নোংমগী দও কুহ্। কোয়বা লমসিদদি অগ্নি-পুরুষ কোনবদা চুবা থঙদে লানবা থঙদে ফুপী 'মস্ত চাক্তবা কাদবা উথিম্রি, তাখিদ্রি ; মৈফম নাইনা মৈরি চাম্মা থোক্লা হোবা মৈনা চাক্তনা, শয়া অমা ফাওবা, মতু তুবুম অমা ফাওবা শোক্তনা হিংঙি—থোয়কই সীতাদি হায়বসিবু থাজভম থোকপরা, নোক্লীংদরা ! রাবণনা চিরে চাযে মচাক্লনি, চিত্রে চাত্রে মচাক্লনি। রাবণগুবা নিপা অমনা মিতায়বা, মখূৎ চমবা মহাকপু

চিরোই চারোই হায়বসু লৈতে। অদুবু মনা হৈ ইবুঙোনে, ওইদবসু অচুবা ভবাই পাবা ওথি। মনা ঙকই।

দুর্মুখ— লৈহৈনরবনে, হং হং ঙাক্ত তৌরবনি—থোক্লবনি। হৈতবা য়াক্রবনি ইশেনবা।

দুর্বুদ্ধি— মকে ইবাইহল, চংশিন্নসি। ঐস্ন লৈজহোবে।

( অনীমক তোঙান তোঙান চংনখিবা )

( মৈ মুৎপা )

---

# অহানবা মতাং

## মরিল্লবা উৎপা

## অচিকপা কা

( রামচন্দ্র ভূমিন ফুণ্ডাইতনা কবা )

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) এঃ ইকাইথবেদা,

পঙনা লৈখয়েদা!

চিরোল, চিরোল,

লায়না ভশিদা !

লায়না মশিদা !

থোঙনাইবা চিরোল থরগা

মকপ সাকত্তুনা

অচুবা অওইবগী মঙাল

কংথিনবনা

মকুবা রঘু শাগৈদা

কালী বীনা তৈরয়েদ !

লৈমা নিংথোগী লীচত্তা

প্রজানা চিংনবা—

কভন থোক্কে,

কয়িমত থোক্কে

মাগৈগে অনীমকা!

ইন্দ্—

জানকি, জানকি,

নঙবু ঐনা থবায়দগী হেন্না চংশি

ঐগী প্রেম-সরোবরগী

তাম্ব থংগোংনি নঙসি !

নহাকপু থাদোকপা

রাম ঐ হিংদে,

থবায়না মপাল থোক্লবদা

তাইবংপান্দিদা

কনা হিংকম থোক্কে।

হং—

ঐ নিংথৌ ওইনা রাখল তৌবা তাই,

অরাবা মৈচাকপুবা থাডবা তাই।

মক্তুবা রঘুশাগৈগিনি,

নিংথৌ নিংথৌ খুদিংমক্না

ত্যাগধর্ম মাঙোইননা

প্রজাগী চুঙাইনবদ য়েংথিবনি।

সীতা বন্দা থাবা তাই।

প্রজাগী পেন্নবা তৌদবা মাদে

ঐ নিংথৌনি তৌবা তাই।

( হন্না য়েংবা ) কনা লৈ, ইনাওশা !

( লক্ষণ, ভরত, শত্রুঘ্ন—মথং মথং

চঙলকপা )

লক্ষ্মণ— ভ্রাত, কচ্চরি ভক্তি শ্রীচরণদা! (খুরুম্মি)

ভরত— ননাই ভরতস্য ভ্রাত!

শত্রুঘ্ন— ননাই শত্রুঘ্নস্য কচ্চরি ভক্তি
ভ্রাত!

রামচন্দ্র— (মতৎ মতৎ) ঐ নতৈমা বন্দা খাগে লেপ্লে।

অহম্মক— এঃ (অহম্মক চপমায়না থংবা)

লক্ষ্মণ— করম্না অহক কনবা থবক্তি!

রামচন্দ্র— মীনা থীনা ঙাক্তনৈ,
সীতা মীখুৎ চন্নুরবীনি চিংনবৈ
থ্বায় প্রজা,
চিংথৈ ঐবু,
চেরৈ মক্তুবা রথু শাগে।

লক্ষ্মণ— ময়েক শেংনা অমুক্ত—

রামচন্দ্র— রাবণগী মথুৎ চন্নুরে,
ধর্মগী মপাল থোক্লুরে।
অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা
অহিং থঙদে হুংখিল,
যুমথোঙ খুদিং
পম্বোং খুদিং
ঐগী রাদ ঙাক্তনৈ,

সীতাগী মরাম মতাঙনৈ।
কলঙ্ক অসি ঐখোয় খ্বাই পুন্নমক্না
কোক্কবা তৌবা তাই,
নত্রবদি মক্ত্রবা য়ুমু শাইগদা
কালী পকপা ত'ই,
পকহৌবা শোয়ত্রবনি ইনাওশা!

ভরত— সতী ওইবী ইমা জানকী
অসতীনি হায়রিবা
পাপ-চেনবা মরেদো

(খাঙ চীংহুনা) খাঙ অসিনা মতুপ মতুপ কক্নুনা
পীজগদবনি হুইদা হন্নুনা।

শত্রুঘ্ন— সতীগী লৈতেং ওইবী ইমাবু
নত্তবা ঙাঙনরিবা—
ওমেজয়োই থাবা লেমা মথোয়বু
তৌখিবু ভ্রাত রূপা অমুক্তদি,
পীনবিবুগবা নয়াথংদদি,
তৌজগে মতিকচাবা বিচারদো,
পীজগে হুইদা কক্নুনা মরেদো।

রামচন্দ্র— শাউখিবু হর্ষাখসি,
ঐখোয়গী দোষননি,
লাইবক্না ওয়ওইনখিবদগী
শোকখিব'ফননি।

প্রজাগী, প্রজা অমন্তগী কাও দোষ

লৈবা নত্তে

ঐখোয়না মখোয়দা শাউরুনিঙায়

কৌবা 'মত্ত লৈতে।

অয়োমদনা, নিংথৌগীদি প্রজানা

পেল্লগা লোইবে।

ঐখোয় রঘু শাগেগীদি নীতিসে

কায়রুদবনি।

লক্ষ্মণ— দেবলোকস্থ ত্রিলবা

মর্ত্যলোকস্থ স্বরবা

পাতাল কাওবা য়াওরবা

পূয়মক্কী মাওদা

অগ্নিনা সাক্ষী পীরবা,

ইন্দ্রনা মায়োং য়াম্ববা

ইমা জানকীনি।

ভ্রাত, ইমা জানকী বন থাবগী

য়াদি থম্বিথিসি।

লোইথিগদবনি,

ওহাক্ত ঙাইথিথিসি,

হাংনদা দোষ লৈতে,

করি অমত্ত লৈতে—

রামচন্দ্র— তপথো ইনাওবা,

অগ্নি-পরীক্ষা তৌখিবনি,
অচুম্বমল্লি,
থাজফম্দি থোক্কে, মর্ত্যলোক্ অসিদা।
নোংসংঙ্ যথনা উয়োকথোং লানবা
উই হায়কপ্ত হায়নবা হাকম্দো,
কনানা থাজবীগনি তম্নবদা
থোকখিবশিংদো।
ঐখোয় নিংথৌনি,
প্রজাগী মপী মপানি,
প্রজাগী পেন্নবা কৌবদো
তৌগদৌ'মল্লি।

ভরত— ভ্রাত, সতীদা অরাবা পীবা
লেয়া থক চৎলোই,
সতীগী মমিত্তা তাবা পি লেয়া
থক মাঙবা তৌরোই!
সতীদা নঙ্গূমল লৈবাক্লা
অরাবা তায়রুবদা
কাংথোং তন্ চাইরুবদা
কনানা দোষহু পুগনি,
কনাগী দোষনি হায়গনি,
ঐখোয়দা শোয়দনা থোজনি!
মতম্না লৈম্নৈ সনা বুদ্ধি
তৌবিহৌসি,

অকবদি থক মথোক্লয়োই. ওইবস্থ
থক মওইরয়োই!

শত্রুঘ্ন— অপঙবগী মরা চৎপা
প্রজাগী মরা পঙলোদ লোবা
মনবা ওইনা খোঙনি
ভ্রাত, সনা বুদ্ধি তৌবিনি!

লক্ষ্মণ— ভ্রাত, সনা পুক্নীং তপথবিথিসি,
লেঙ:হৎবা বাস্থকিনা লেঁঙকপা,
অঙৈংবা প্রণান্তনা শাউরকপা
অকবা থক-ওইবা য়ারোই,
নীংথিবা থক থোকপা লৈরোই।
জগৎ সংসারদা পোকপনা
লেঙ-পাল অচচ্চস্ত করি করবনা
মৈদগী হিংনা থোরকপা,
মতু ফাও তেক্তনা লাকপা,
ইমা জানকী নত্তনা!
(মমায় লৈথোক্তুনা মথন্দ) ইমা করি পূণ্য তৌরক্তুনা
অঙকপা অথুকপা লীলাগী
নায়িকাদা কুম্নবা!
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল পূম্নমক্না
তন্ মকোক নোনথিবা।
নীংথিজৈ অগ্নি পরীক্ষা,
সতীগী অকিবা পরীক্ষা!

( ওহিরক্না রামচন্দ্রদা ) অশিদম্ নত্রি,
অকন'মম্ লৈরি,
ইমা জানকী ময়া থাবা থক রাদে।
লৈবাং পোম্বা লৈপাল মথা থক কররদে,
হৈবাং তম্বা হৈপাল মথা থক থানদে!

রামচন্দ্র— কারনা ইনাওশা,
থাদবা য়াহৌবনি।
লৈবাক্কী চিংনবসি
কোকপা য়ারনি,
রাজভক্তিদা নোংমা নোংমগী
অমুম য়াৎশিল্লকনি।
কর্ম পুরমক দোষ চেনবা ঙাক্লি,
দোষ চেরে চেন্না ইথোক্লি তৌদবা য়াদে,
দোষ লৈতে।
থোক্লরে কমদৌনি,
ইবুঙ্গী ইচ্ছানি।
থমক হায়বসি থোকে হেক থোকপা
নত্তে,
কারণ তয়ানা মমম ওইহনা
থোকপা ঙাক্লি।
নথোয়না মমম থঙদরে—
তেংবানবগী লাহুমশিদা,
ঐথোয় লোইনা পোনি।

উদবা খুৎকমনা, অচুম
মশাগ্নবনি।
ঐ ঐগী তোরকপা মতুং ইন
পীজি পো চৎলি।
পোগী মরম্মাই মরোম্মা—লৈবা নত্তে,
শায়রোয়গী খুৎশিল মতুং ইন্না
চৎপদনি।
তাক তাকবা কাকমগীনি,
চঙ্ চঙ্বা পোরমগীনি
হিংলগা হিংলে
চাপ্লগা চাপ্লে—
তবা ঙবা নত্তে।
ঐথোয়না ঐথোয়গী পুনশি-খোঙকমদা
থেংনরিবা
অরা-অনং অফ-ফত্ত হুংঙাই-য়াহক
খিবিক লোহনবা
ঐথোয় ঐথোয়না লঙজক্কবনি
'চুম মচাজবনি
কনানম্ লঙশিল্লবা নত্তে,
ইশাই তোকমনি।

ভরত— রাজলক্ষ্মীমু তাম্মোক্লগা কব্বি ওইবা ঐথোয়।

শত্রুঘ্ন— দেবলোক্লা কব্বি হায়বা,

অধঃ লোক্লা করি থনবা,
ঐথোয় অযোধ্যাবু পাল্লি হায়গদরা
থম্মোয় !

রামচন্দ্র— ইনাওশা তমঙ্গবনি,
নিয়তিগী লীলানি,
ঐ নওদি মরম ওইজবদনি,
পুন্নমক মহাক্কী ইচ্ছানি ।
জানকীগী মরাংয়বক্তা বিধাতানা
কলম তারমন্ত্রবদা,
ঐহাক্কী বন থোংফম ইল্লোইদবনি,
দশাননা মাবু হুরল্লোইদবনি ।
কারদগে অসি অমুক থল্লুহনা—
(লক্ষ্মণদা ওশিল্লুনা) ইবুঙো লক্ষ্মণ,
অরাবগী শক্তক ওইরবা লক্ষ্মণ,
নয়াবগী য়াথং হিক্তোকহৈদে,
নঙ নস্তনম্ব ঙমদোবা লৈতে !
চৎলু ইবুংঙো, নতেমা গঙ্গাস্নান
আশা তৌবনি ।
অতুগীনি হায়উ, পু মাবু বাল্মীকি
তপোবন্দা,
থাদোক্লম্মু থীজহু তমসা তুরেল
মপান্দা!

লক্ষ্মণ— (মথন্দা) রাবণগী শক্তিশেল,

ইন্দ্রজিৎকী নাগপাশ
কয়িগী থবায় চুপথিদে ।
ইন্দ্রদেব, কয়িগী শীংজং থাধদে
পাপকী সংসার উৎ তানবা !

( খোকথিবা )

( মৈ মুৎপা )

# অহানবা মতাং

**মঙাম্বুবা উৎপা**

( কোন্থুং মন্থুংগী লখী )

লক্ষ্মণ—

ভ্রাত, নয়াখংনদি
কোয়ৌদম্ব কাব্দ
মালেমদম্ব ভাব্দ
ইকোক খোংনা ওকপা ভাবসিদা
পুঙমখিত্রেদা,
বানা খোকথয়েদা !

পুনশিগী ব্রায়বা খোঙচত্তা
খেংথাং কয়া কয়াদা
অব্রাবা কয়া শকথঙনরম্রে,
চৈনাখোল কয়া চাররে ।

রাবণগী শক্তিশেল
থবাক লোংনা য়ায়রে,
ইন্দ্রজিৎকী নাগপাশ মায় লোংনা থাঙলরে,
অমুক নুমনে,
অমুক নাবে,
অমুক বাগে।

ইমা লাইবক-থীবী ইমা,
নঙদি করম থাঙনি হায়উ ইমা,
    তমথীবা নোংদম্বগী কল্লবা
        খৌরবা তাশোন্দে
    নুং-থোক্লবা লক্ষ্মণ ঐগী থম্মোয় ফাও
        তব্রাই লেংলিবা !

নিংখৌ কোন্দা য়োক্লে,
লৈমকোন্দা চাউরে,
অকেবনা নঙ্গী নদাইনি অচানবী,
অমোবনা নঙ্গী থৌগল্লি লোয়নবী,
ইমা করম থাঙনি ইমা,
হায়উ ইমা করম লেল্লি ইমা,
    বনগী মৈশা !

তমসাগী কনা-উদবা তোর্বান্দা
শাহিং-ঙাহিং চাবা শা-কৈ ময়ক্তা
উনানা মোম্পাক ওই
উক্ননা মোন্দুম ওই
উহৈনা চীন্দম ওই
    করম লেনবা !

নিয়তি, নিয়তি,
    অঙকপনি নঙ্গী লীলা !
রাজর্ষি জনকী কোন্দা পোম

রঘু কোন্দা নৈশাৎ তম
রক্ষ শাগৈ-লোইবা রামগী মায়োক-নৈরাং
লক্ষ্মণ ঐমক্তা নৈথোং শেনবা নৈ
মগুণবু য়েক্লবা সেম
মীথূক্তা তন লায়োক সেমখিদা
মীনা শারপোৎ।

অঙকপা কৌবতুমক্লি নঙ্গী লীলা।
নঙ্গী মিৎনৈ অমদা নিংথৌদি করানা
মীনাই ফিজেৎ হোংলি,
নৈমা করাগী মমিত্তগী শিঙ্ময়কপা পিনা
তৎপা নৈত চতুম চতুম
অবাবা চৈশীং থাজরি
অহিক অহিক খূদিংনা।
অমুক মিৎনৈ অমদনা মীনাই কোজায়'মনা
নিংথৌ ফিজোল হোংলি।
অহৌবা অথেকপা শক্তায় মীনোক্লা
অবাবা সংসার শীংনরি।

ধর্ম, ধর্ম,
নঙ্গী বিচারহু অঙকপনি!
মথৱায় মঙা কৎনা মপুরোইবগী
সেবা তৌরে
সহধর্মিণীনি বনবাসগী অবাবা শকক
নোক্লা য়ারে

ফদনা, চঙে রাকসগী পাপকী খুৎ,
শিফয়া, মপুরোইবগী খুৎ—
হ-হ-হ ফনা ছত্তাই।

( পোকখিবা )

( মৈ মুৎপা )

---

# অহানবা মতাং

## তরুকসুবা উৎপা

### লৈমকোল

( সীতা হুণ্ডাইতনা তুমিন ফবা )

সীতা ( স্বগত )

কররিনো মও হানা চোইররিবা,
পুক্নীংনা ভয়াং তশোয়ররিবা !
রঘুনাথগী শ্রীচরণস্থ তরাংশীমথৈ
দর্শন ফংদরি,
হা বিধি নোংদবা, কররি কররবা
অরাবশ্মা অমুক সীগদৌররিবা ! ( অরাবা শোর হোনবা )

সনা কোম্বং থাদোক্তুনা
সনা খোঙলেঙখোকখিবগী বাস্থ খোইনা লৈডে,
দর্শন্দি ফংফম থোকই ।
লৈবাকী অকবা অচিনবা থবক ফনমক লৈছুনস্থ
ওহাক মথেদি পোথারফম থোকই ।
হুণ্ডাইতবশ্মা লৈবা তাই দর্শন পীনিংদবা,
বায়দা কররি ওইররিগবা !

রঘুমনি, রঘুমনি,

তোরবী ননাই জানকীনি,
শ্রীচরণদা কোটি অপরাধ তৌখিবা,
লৈখিবা অপূবা,
শ্রীচরণগী ননাইনি
করি খঙজদবীনি
চাকপিগনি হে চানবি-হৈবা !

( লক্ষণ চঙলকপা )

লক্ষণ— আর্য্যে, ননাই লক্ষণ ভক্তি কচ্চরি !

সীতা দেবী— ইবুঙো লক্ষণ, মঙলগী পাউ তাসি,
ওয়াংদগী রঘুনাথগী চরণ
দর্শন ঙংদরি,
করবা অমত্তি ওইবা থোরমগী
মথা পোন্দুনা
লাইবকপীবী জানকীবু কাউথরবা
শ্রীচরণনা !

( লক্ষণ মুন্না রেংলগা কয়িনো হায়ড ইবুঙো,
ইনাওগী মায়থোং নীংথিবা
পূর্ণিমাগী থাজ চঙজবা,
অরাবা মায়হিং কাবঙুম তৌরিবা !
কয়িনো হায়উ ইবুঙো,
সনা পুক্নীং তরাং অশোয়বুম তৌরিবা,
লেঙহৈদবা সনজীং কথৈনা লেঙ্‌বগুম
ঙিরিবা,

মথুক-ভম্না প্রশান্তনা ঊওয়কপগুম
থোরিবা !

লক্ষ্মণ— ( মখুৎ লোয়দুনা ) আর্য্যে, তপথবিসি !
অমঙ্গল ওইবা পাউ থোইনা লৈতে,
সনা পুক্কীং চিংননিঙায় কয়ি থোইনা
লৈতে,
রঘুনাথ মঙ্গল ওইরি
ননাই ঐথোয় থ্ৱায়স্ত মঙ্গল ওইজরি'
ইকোক থক্তা লৈবাক্কী পোৎলুম অচোবা
থোনথনা
অহিং-মুংথিল অনীদা লৈবাক্কী রাথল
তৌথনা
হকচাংগী কুচু লাংবনি,
পুক্কীং মকা লামদবনি !
ওয়াংদগী হৌনা থৌয়য়া পোথাতম
পীবা লৈত্রি ।

সীতাদেবী— রঘুনাথনা মঙ্গল ওইয়গা লোইয়ে
ইতৈমগীদি,
হুন্ডাইযে ইবুঙো,
অতৈ কয়ি পাউ হায়বিসি !

লক্ষ্মণ— রঘুনাথগী রাথংনি ।

গঙ্গাস্নান, তপোবন দর্শন লেঙখোক্‌ত্‌বা
স্নারগনি।

সীতাদেবী— করি ইবুঙো !
ইতৈমবু নির্ব্বাসন দণ্ড পীরবরা !

লক্ষ্মণ— হি : —

সীতাদেবী— শ্রীচরণ দর্শন অমুক্তংদি পাম্বিদা
ইতৈমবো !

লক্ষ্মণ— আর্য্যে, খিত্তং ব্রানা খোক্লগদরা !
অসুম লেঙবনহুম ফমগদরা !

সীতাদেবী— খঙলে ইবুঙো তশেং
পীনয়ে ইতৈমবু নির্বাসন !
হক্লে দোষম্ব খঙলে ইতৈমগী
সনা ঈ চেন্না পীনখিবা মতাসিনা
নির্বাসন।
গৃহগী পন্দম্ব মনাইহনবীনি,
লৈবাক নিংথৌ পন্দম্ব প্রজাহনবীনি,
লোয়ে ইকোক খোং
সনা নোংদম।

নিকনিঙায় লৈত্রে অমুক শ্রীচরণ দর্শন।
হৃদসি খোঙজোই ইবুঙো,
পুন্নসি ইতৈমনু কৈদা
শনা নোংদম !

( মৈ মুৎপা )

---

# অনীসুবা মতাং

## অজানবা উৎপা

( তপোবন তমপা তোর্বাল )

( বাল্মীকি ইশৈ শকুনা চঙলকপা

### ইশৈ

কৌনৈনে নহাকপো তেংবানবা পূবমা
ভক্তপী চাম্রবা মরুপ ।
থৌজালগী কলপ ভকনি নীংথিবা
সোৈন্নে ইবুঙো সোৈন্নে ।
নহাক্কী থৌজাল্লি অগৎমা লাকবা
পীরি সাক্ষী ধ্রুব প্রহলাদ !
চেক্লানিনে ঐদে কাম্নদোংভম লৈতবা,
থৌজাল্লি ঈথৌ লাংজবা !
চীংজাউনা ম্রাতাভরি কাম্নদোংভম্না বম্রি,
চঙজভম কনা লৈতবা !
নঙবু কোম্না খিজবা নহাইনিদো ঐ
পীনৌ নঙাল থৌজাল-হৈবা ।
লেম্নিরুনে মাঙদা ইবুঙো থৌম্নাংবা,
ভক্ত চানি হায়না কাওবা !

প্রেম্না নৌজরবা মাবখোংনা চুংশিবা
মুনি ঋষিনা পেঙবা।
লেঙশিনবিয়ুহে হে নিত্য, হে শিব,
খঙোয় ঐগী মন্দিরদা!
পুনশিগী কৈরাদা পুক্নীংদি নোংগৌনা
ভাইবি বানা খৌজাঙ্গাইজ!
য়িকুপ্পি খুদিংদা খৌজাল খিক্নে হায়না
য়েংথচ্চবি নোংদোক্লোমদা!
ভাক্নো নমিং পীনহৈবা কৌনবদো
খিকথবিয়ো খৌজান্নাইজ!

( স্বগত )

কাউরবরা ভগবন্ 'ত্নই ঐনা ব্যাধদা
তৌখিবা শিরাপ,
নঙী ইচ্ছানা মখৌ ঐনা শক্বিবা
লৈমা তায়াগী শিরাপ—
মানি নঙসে খৌজাল তাকই মিৎয়া-খবাল
নঙী চুংশিবা মায়খোং,
কৰি অদুক ওমখিকং তায়া ঐগী কাদদি
ঙসি কৌবা নোং!
শক্লে নঙদি চৎলি অচুবদ
তৌই 'ন্থদি লৌনম করিনোং,
লৌই কৰি ময়াদ লৈত ইপুরোইবই থরায়
লৌনম ভেংগা খোং!

কাউক্লবরা তালোয়-ওইবী কনাগী মিংকী পি
থক চৎলোই লেয়া,
কায়ন-মৈকম লিংগে লিংগুম লিং লেম্নি
ঐম্ন পুনশি মাগুম কপ্পা!
বাম্নৌগ মিৎম্না-থবাল ফংবা ওইরু জানকী
কায়নৌ 'তুবু 'মূক,
লেনবা ওইহ্নু পুনশি নোংদম-থীবী ঐগুম কপ্পা
ছোবা নৈত 'মূক!

হৌজিক্তি জানকী উদ্ধার তৌরে।
লাক্লে মত্তাং কায়নবগী,
কম্নগী,
পুনশিচুম্না কম্নগী,
পুনশি কোয়ৌনা ম্নাচঙ্কাও কম্নগী
কপ্পা কপ্পা পিরোয়ননা কীরদ
ঊয়োম্ন ং তানবগী—
শায়রো ভগবন শায়থরো
নঙী অওকপা লীলা,
য়েংলাস,
কপ্নসি,
শক্নসি
পিরোয়নবী বীণাদা।

মীংথিয়নি

হুংশিয়নি

প্রভু নঙী ঋিংচৎকী উরোং—

হেয়য়নি

হেহ্লোয়নি

হুংশিনা ইকঙী লীক্লা হূবা থঝালগুম,

ঈংনা নোঁ াঙাৱয়দাই নোঁ াফাইনবা থাজগুম

জগত্তা যুগ যুগ থিবিক

পীনয়নি কল্যাণ।

অমুক্না

ভাউয়োইনাইনা

য়েৎকী চাদা সনাগী লোঙথুম

ওয়গীদনা লুপাগী লোঙথুম

কোয়ো মকোয়হুংদা নিন

জগত্তা হেনবগুম

হেয়য়নি

হেহেহ্লোয়নি

প্রভু নঙী কিয়মগী উরোং—

হূমিংনা থোকপদা থানা হেনগুম

হেন্নরনি স্বামীধর্মনা রাজধর্ম—
ওন্না নীংথিবা চিন্নোত
লৈতেংলরনি উন্নোং।
জৈ রঘুপতি, জৈ সীতারাম!

( মৈ মুৎপা )

---

# অনীসুবা মতাং

## অনীস্সুবা উৎপা

### ভমসাগী তোর্ব্বাল—বনভূমি

( সীতা, লক্ষ্মণ, স্থমন্ত্র তুমিন তুমিন চঙলকপা )

সীতাদেবী— ইবুংঙো, 'সিদরা রঘুনাথগী
সনা নোংদম !

( লক্ষ্মণ সীতাদা য়েংলম্নগা মমিৎ হম্বা, সীতাস্থ লৈরা য়েং
ওহাক তুমিন লৈবা )

স্থমন্ত্র— ( স্বগত ) হে নিয়তি ! ( লক্ষ্মণগা সীতাগা অনীদা য়ানা
স্থঙাইতনা য়েংহুনা লৈবা )

লক্ষ্মন— ( স্বগত ) নুম্নবা পোৎলুম থোমথরেদা রঘুমণি,
কম্নবা য়াথং পীনথরেদা চিন্তামণি !

সীতাদেবী— ইবুঙো,
উর্ম্মিলাগী মবুঙো,
য়াকরন্নসি ইতৈমগী,
লাইবক্তীনি,
অভগ'মা লৈরম্মনি ! ( পি তৈথোকপা )
হন্নসি থৌজিক্তি অযোধ্যানগরী,

হল্লসি খোঙদোই !

ছায়া ওইবা নহাক্লা

কায়া ওইবা রঘুমণি

ইতৈমগী ইহাকথং

নোংমা নীনি কানয়ে—

ব্যয়ৌগহ্লসি,

বিদায় !

( থুৎ থাংগত্তুনা ) সর্বমঙ্গলং সর্বকুশলম্।

( পি তৈথোক তৈথোক্লা সুমন্তদা )

তাত,

শিহ্নরি করিগী মিত্তা পি !

করিম্ব বাবা তৌকম্ব ঐগী।

ঐ তলা ক্যাম্নে মতম্নি,

পুরি গর্ভদা সনা ঊ।

মৃৎহৈদবা ফুংগানি সূর্য্যবংশ,

লৈ সূর্য্যদেব—মিৎনা উবা লাই।

তাত, কপ্লগম্ব ৎমূক শিহ্নবম্ব

মিত্তা পি।

অবাবগী পিনা পিনল্লবা

পুনশিনি,

খেন্নহসি 'মুক পি বাবনি পুবা
থবায়সি ।
বিদায় ভাত বিদায় !
( লক্ষণদা অমুক য়েং ) ইবুংঙো,
উর্মিলাগী মবুঙো,
লৈহৌয়ে ইতৈমা,
বিদায় ! ( খোকথিবা )

সুমন্ত— পোক্লে অঙকপা মপোক—লাকলগী মচান্দা,
চাউয়ে জনক-কোন্দা ।
ওংলে রঘুকোন
হয়ধনুভঙ্গগী ময়ম্বর সভাদা,
শ্রীরামদা ।
ইয়ে চৎলে বন
শ্রীরামগী চহী তরামন্নিগী বন
খোঙভমদা ।
চন্নুয়ে রাবণগী মখুৎ অয়োইবা
মতাংদা,
লেপ্পুয়ে থাওদা ঙো চহী অমা
অশোক বন্দা ।
চঙলুয়ে মৈদা অকিবা
অগ্নি-পরীক্ষাদা ।
শোকথিদে শক্লে ছুবুম্বা মহাসতী
নদী,

অঙকপা ঙাক্লি নহাক্কী লীলা
হে নায়িকে !
কাম্মনা-মপূং ওইবা চৎলি হৌজিক্কা
লীলা'মা ।
থওদে ওইগদৌরিবরা ছুথাক্ত—
পিনা থৈবা লীলা !

( মৈ মুৎপা )

---

# অহুমসুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### বাল্মীকি তপোবন ময়া

( বাল্মীকি ইশৈ শক্তুনা চঙলকপা )

### ইশৈ

বাল্মীকি— (হরি) খোঁজাল-হৈবা খোঙদায়রক্লে
মালেম খোঙদায়রক্লে,
অযোধ্যাগী ফবাল লাংলে।
অস্তর বৃত্তি মুথৎলে,
বেদ ধর্ম য়োকথৎলে,
শান্তিগী মঙাল পীনয়ে।
শায়রনি অয়োইবা লীলা,
ফংশিবা থুথাক্তগী লীলা
জগৎকী জগৎকী মবুঙো।

( স্বগত ) ইবুঙো, জগৎকী মবুঙো,
হে তপশ্চিন্তামণি,
জগৎ কল্যাণশীনি,
পীনয়ে ননাই বাল্মীকিদা
মহাকাব্যগী খোৎন্দে,

তারি কলম তৎপা লৈত নঙ্গী
লীলা পরেং!
নঙ্গী অরোইবা দুখাঙ্গী
দুংশিবা পরেং—

হৌবদ মঙারবি
হৌবু হৌফাঙবি
শিঙ্গবি তৎপা লৈত মিত্তা পি
তাই তৎপা লৈতে চহুম চহুম পি।
লুপ্পি কোনা মনা,
মূৎলি ময়েক পরেং।

হে আনন্দময়,
জগৎ কল্যাণদায়িনি,
পুরি নঙনা অরাভম!

হে লীলাময়,
অঙকপনি নঙ্গী লীলা।

জৈ রাম রাঘব,
জৈ সীতাপতি,
জৈ নঙ্গী জৈ!

## পট পরিবর্ত্তন

( সীতাদেবী লুকক লৈদা য়েং কল্লবা )

সীতাদেবী- ইবুঙো রঘুকুলমণি,
থরাময়গী মবুঙো,

তোঙবী ননাই জানকীনা
শ্রীচরণদা করি অপরাধ লওথিহুনা
শ্রীচরণ সেবা লৎনরিবা,
অন্থক কনবা দণ্ড পীনরিবা !

( পি থৈথোক থৈথোক্লা ) ইবুংঙো,
শিহরিবা মিৎকী পি,
তোঙবী ইশাগী নত্তেদো,
ইশাগীদি লায়দো,
থদেদো !

ৱায়দো ৱথুমণি,
ৱাদবা ঙমদেদো,
থৱাদো থৱায়গী মবুঙো,
থন্দবা ঙমদেদো
সনা ঈসিংগীদি গর্ভদা পুরিবা,
কিদো, কিদবা ঙমদেদো করি থোক্ল-
গবা !

( ঙম্মিত্তা হঙৎনা য়েং ) হে সূর্য্যদেব,
মুৎহৈদবা মুংগানিদো নঙী বংশ !
পীনৌ থোজাল ফংঙ-ঙবা সনা লীকথাও,
কচ্চ-ফংবা প্রেমগী থুমোল সনা লীক্লাং
রঘুনাথগী শ্রীচরণদা ! ( পি থৈথোকপা )

( বাল্মীকি চংলকপা )

বাল্মীকি— ইমা,
ননাই বাল্মীকি ভক্তি কচ্চরি!

সীতাদেবী— মহর্ষে,
করিগী অমূক দোষ হাপ্নরি!

বাল্মীকি— ইমা, অঙকপনি,
তাইবংপানগী মকাউ হৈরাং অঙকপনি!
নখোয় লাইস্ন মাগী মহাউ হেক তংবদা,
মনমদ খিক্তং ফংবদা
অকাউবগী মথা তন্না হেক্ত পোলি।
ইমা, অবা-হুঙাইবা করি লৈবগে
নঙোন্দা।
বাল্মীকিগী প্রেমভক্তিনা পুন
লেঙবিরকপদনি, 'মা!
হুঙাইবে মহৈ য়ান্নে,
নীংজমনগী কান্নরে।

ইমা,
নখোয়না অবাবা থরসি সাহুনা
উৎপিত্রবদা লান্ন-লবী জগত্তা
অমবা সংসার'সিদা ফংনি কনা
লমজিং-মৈরা লমজেল-চৈশু 'নীদি কৈদা!

(বাল্মীকি ইশৈ শকপা)

( ইশৈ )

লেঙবিরক্নে তপোবন্দা
লেঙশিন্নসি থাংপোকশঙ্গদা
ননাই বাল্মীকিনা নীংবা থুংলে!

নীংঅমনগী মহৈ মাঙে
কৌঅমনগী কান্নবে
কোটি জন্মগী তপস্যা
পাক্নে!

নন্দী লেবা সংঅমনি
মম্না মোহ কোক্নগনি
অমান-খুত্তম তম্না মংলগনি।

তক্ক চানবি লেঙশিন্নসি
লেবা ঐগী লৌবিরসি,
পাপকী গৃহ তম্ শেংদোকপিরসি।

সীতাদেবী— ( হৌগৎ হৌগৎনা ) পিতঃ নহাকী ধর্মসিমক্না মমমহ্না'
অমান-খুত্তম মংলনি শান্ননা
ইমুঙো মমুমপি

থরাঙগী মবুতো,
মদী থৌজামি,
ভোজবী গীতানা কংগনি
কমম চগুনতম !

( মৈ মূৎপা )

# অহুমসুবা মতাং

## অনীস্থবা উৎপা

### বনভূমি

(লক্ষ্মণগা স্থমন্তগা অনী লৈরম্বা।

লক্ষ্মণ— তাত, চৎপিরসি অযোধ্যাদা,
ছনবিনবা তৌরসি।
ঐদি পুন্নীংসি থয়া মুংশিবগুম তৌই,
ভয়ানি মঙানিদং বনভূমি 'সিদা
লৈহৌখিগে।

সুমন্ত— করি বানো ইবুঙো,
ইবুঙোগী থৌগল থাদোক্‌্না কয়ম
চৎকদগে।

লক্ষ্মণ— সনানা পিথ্রাই পিথ্রাইনা সনা ওইবা
লৈবাক,
খাজলক্ষীবু তরাই হেক তাম্বোকপা ওবা
লৈবাক—
হরিশ্চন্দ্রে তাত লমচুবা,
ভানিংন্দ্রে 'মুক লৈবাক্‌্দা

( স্বগত )　নিংথৌরেলগী মনোম,

নিংথৌরেলগী মমৌ,

নিংথৌরেলগী লৈমা—

পূণ্যগী মশক

মহাসতী আর্য্যা জানকী

বন্দা,

শা-কৈ মরক্তা

কনা বাওদ মথব্দ

কন্নি য়াওদ অয়াম-থৌয়াং ভান্নবা—

আঃ ভরোংদ অশোক বন্দা

চহীচুপ্পা কপ্পুবগী পিকমকাও কোক্লি,

ভদি অমুক তমসাগী থোঙবান্দা কপ্পি—

মহাক্না অমুকং লুপ্পদা

তীর্থদা তুংহোবা পাপশিংগী পাপ পূম্বা

যুগ কয়া কয়াগী,

লেন তাকুম তন্না তাক্লিবা,

মহাক্না অমুকং লেপ্পদা

তীর্থ লৈমায়দা তাহোবা পাপ লোইনবা

যুগ কয়া কয়াগী

উন তাকুম তন্না তাক্লিবা—

আর্য্যা জানকীবু দোব শীব-ভবা

লৈবাক

লৈহৈদে তাত পাপকী লৈবাক্নি
পাপকী লৈবাক।

স্বমন্ত—
তপথবিসি ইবুংঙো,
সনা পুক্নীং তপথবিসি!
পুনশিংগী অরা-মুঙাই
কনানসু শীনবা নত্তে, মশা
মশাননি।
গুণ কর্মগী মতুং ইন পোক্নবা তাক্নি
লোইনা,
অরা-মুঙাই অছুম চানরবা তাক্নি
মরা।

মধুমণি—
থওনৈ শোয়ে থ,াই অয়াবনা
অতি-মানবনি।
ভৌয়ক 'পুরমকসু অওকপাই
অওকপা তাক্নি।
মাত্তে কনি গুণদা লৈ লোইনা
শক্তি, সামর্থ্য
লৈ'তি 'হুবু বন—নির্বাসন, তাকই
পিতৃসত্য।
তথা তবু। 'সিবো থাজবনা
থোক্নগনি!

ইবুঙোমক লেঁঙি থৌগল লেঁঙি
আর্য্যা সীতা,
অদা অদু্। 'সিবো মানি নিরস্তিনী
লীলা।

আর্য্যা জানকী
মহাসতীনি,
অভিমানবীনি,
লাজল মচীন্দা পোকপনি।
রাবণগী পাপকী মিৎয়েংনা শোকপা
অম্ববীনি,
মগুনা মৈ কৌবা লাই মচোন্দা
লৈংথিবনি।
লৌনৈ 'হুদু কোজায়নবি মীগী মী
অঙানি,
লৌবে অংক' মপাউ পী বোব
রঘুনাথদা
থাবনি গঙ্গনা রঘুনাথ আর্য্যাবু
বন্দা।
রঘুবংশগীদি প্রজাই পেরবা
তৌবনি।
ইশাগী অরা-মুঙাইবা থমদে কদৌ
মিৎয়েং,
নঁছি নিংথৌ পাপ মতাং মতাংদা

লৈবাক্কী য়েং,
অক্লবা থওয়ে অয়াংবা, চাদে পাপ
নীতিনি।
লেঙলসি ইবুঙো, হলসি থোঙদোই-
থীরনি।

( মৈ মুৎপা )

# অহুমসুবা মতাং

## অহুমস্নুবা উৎপা

### শজায় মচা

( রামচন্দ্র গুন্দা এং ফম্লবা )

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) মায়থোংদো,

ঐবু উৎকবদা মকা তম্না লামজবদো,

ওহাত্তংদ কানবদা লাংশিক্ববনা হেক্ত

হানবদো !

প্রেম অদো,

রায়বা বনবাস নোঙ্গা নোঙ্গা লেনবা

ওবদো,

ঐগী প্রেমগী দমক্লি লায়না মৈহুং

চঙ্বদো !

জানকি, জানকি, চায়থোইবি,

ঐগী প্রেমতনা নঙ্গী নথরায় ওইরবি

চাক্লে কাযে থরায় অসে,

পাঙ্গা কাওয়ে ফংগী মৈচাক,

চাকথেক্লনি শোয়ররোই দেহ'সে !

ফংবা চেনবা প্রেমগী কলাক্ত ঈহৌরে,

লাক্লে পিগী ঈচাউ,
নীথায়রনি থম্মোয়গী লোনথাল—
ফাওরে ঈফুৎ লীশিং
চেয়রনি শোয়রম্মোই দেহ' সে।

জানকি, জানকি, চায়থোইবি,
রাম ঐগী ইহাকথং অরাবীবু সায়বী।
(অরাসোয় হোনবা)

নোংমা নহকচাং লৈয়াংনা ইকাইজরবা,
কেয়রবা নহকচাং বনবাসনা রাথরবা,
কয়া থাজনি তমথিবা নির্বাসন!

পোকপনা—লৈমকোল,
লোইবনা—অনংকোল,
য়োকপনা—নিংথৌকোল,
থবনা—ঋষিকোল,
হোৎনা—মোন্দুম মোন্দেক্কা,
লোইবনা—উনাগী মোথাক্কা,
চাউবনা—সনা শঙ্গায়দা,
পোলোইনা—থাংবোক্কা,
চইমা—চীন্দম চেঙ,
লোইরবনা—উহৈ রাহৈ,
জানকি, জানকি, লাইবকথীবি, রায়বি,
অরা-অনাদ নশকক ওইরবি! (অরাসোয় হোনবা)

( লক্ষ্মণ চঙলকপা )

লক্ষ্মণ— ভ্রাতঃ, ননাই লক্ষ্মণ ভক্তি কচ্চরি !

রামচন্দ্র— করি মঙ্গল-ওইবা পাউ ?

লক্ষ্মণ— কুলপুরোহিত সভামণ্ডপ্তা দর্শনগী তাইরি ।

রামচন্দ্র— চৎলু ইবুঙো, দর্শন তৌরসি !

## অকম হোংবা

## সভা মণ্ডপ

( বশিষ্ঠ ফমলবা, রাম-লক্ষ্মণ চঙলকপা )

রামচন্দ্র— গুরুদেব, শ্রীচরণদা ভক্তি কচ্চরি । ( খুরবা )

বশিষ্ঠ— কুশলং তে ভূয়াৎ,
আয়ুষ্মন্ লেঙশিন্জি আসন্দা !

রামচন্দ্র— আশ্রমগী মঙ্গল-ওইবা পাউ !

বশিষ্ঠ— আয়ুষ্মন্,
নঙ্গী পাখোমগী পাংগল্‌
নঙ্গী ধর্মগী মগুণনা
পাপকী মশক ওইবা রক শাগে
লোইনা মুৎলে,
যেঙ্গী মপান খোকপা ক্রিয়া
লোইনা মুথৎলে ।

শান্তিগী য়াভাতম ওইরে হৌজিক্কি
আশ্রম।
বন তপোবন ঈথরুরে সামগায়া
অহিং-হুংথিল,
যাগ যজ্ঞ অপনবা লৈত্রে—কোয়ে।
কোয়ৌ মঙাল লাকপদা অমম্বনা
থুপচিনথিবগুম
থুপয়ে লোইনা পাপ, পূণ্য নঙ্গী
নঙাল লাং।
ব্রহ্ম মুহূর্ত্তদা মালেমদা চৌখে মঙাল
লাকপগুম
আয়ুমন্ নঙ্গী সনা হাক্তম্নিদদি
হুঙাইরে অযোধ্যা স্বর্গগী মঙাল লাং।
ধর্মনা মালেমদা মাগী লেঙদবা
য়াম্ভাতম সেয়ে।
পূয়মক্সিগী পূণ্যাই শরুক অয়াম্বদি
নঙ্গৌনি।
পূণ্যাই শরুকস্থ তমগে রা'মস্থ হংগৎকে
লাকপনি।
লাইবক ফৈদা বসুন্ধরা য়াজেন্দ্র নঙবু
ফংজবা!

রামচন্দ্র— গুরুদেব, করম্বা রায়ম-লৈবা তাকপিসি!

বশিষ্ঠ— আয়ুমন্, ´

ঐদি কুলাচার্য্যনি,
মঙ্গলগী মরম ভাকপনা ইথৌনি !
লঙ্কাগী রাবণসি ব্রাহ্মণনি,
রাক্ষসীনা পোক বক্ষবৃত্তি চৎ
বক্ষ শাগৈদা চিংথিবদনি।
জানকী উদ্ধারনা মরম ওইদুনা ( রাম মফ
লুকথবা )
মশীং লাকওমদবা ব্রাহ্মণ বধ তৌরুবগী
কোক্লনবা মরম য়েংবনা চুপ্নি—
অশ্বমেধনদি কোকপা ঙম্মি।
হৌজিক্তি লৈবাক মরাম্ন অপ্নে
যজ্ঞসি তৌথোকপনা য়াম্না ফৈ,
তৌথোক্নি।
য়াম্নিবমথৈ থুজিনবনা ফৈ,
থবক্তি।
রাবণনা ঙসি হয়েং
শাম্নথিরুবদগী
স্বর্গ কৈরাক থারবা ঙমখিরে।

রামচন্দ্র— গুরুদেব,
যজ্ঞগী লোইনা ভাকপিগনি।

বশিষ্ঠ— আয়ুষ্মন,
অশ্বমেধ হায়বা যজ্ঞ অসিমক্তি

কল চাউবগী মতিক ভৌবম্
রাম্না রায় ।
নিংথৌনি ছায়ছনা হেক ভৌবা
ওবা নত্তে ।
রাজচক্রবর্ত্তীগী মথৌনি ।
ধর্ম পাংগল মী নল লোইনা পুনবা মাদে ।
মতিকচাবা নহাক্তনি হৌজিক্কি
যজ্ঞ ক্ষেত্রগী পূণ্যভূম অমা য়েংবা তাই,
য়েধগী পক্লবা অমরাজ'মা থিবা তাই ।
বেদনা পীবা সুমিত্রা যজ্ঞ হৌগনি,
মতিকচাবা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ কমগনি,
চহী অমা চুপ্পা যজ্ঞ তৌগনি,
দেব ব্রাহ্মণ সামন্ত নৃপতিশিং লোইনা
রাওগনি ।
খগোল খাহুনা পাংগন পুম্নমক লোইনা
নোইহৎকনি ।
চহী মপুং হেক ফাবা সুমিত্রা পূর্ণাহুতি
পীনি ।
আয়ুষ্মন্ নঙীদি রাক্ষস কয়িমত
লৈতে—
নমাও ইবুঙো অহুম লৈ,
পৃথ্বী থক-থা ওনবা ঙম্বা ভাক্তি ।
কিষ্কিন্ধ্যাগী মবুঙো সুগ্রীব লৈ,

লঙ্কাগী মপুঙো বিভীষণ লৈ,
ঋক্ষরাজ জাম্বুবান,
বৈকপরাজ হনুমান লৈ—
মায়গে-ঙাকপা লাইগা অমা ঙাক্নি।
হঁ যজ্ঞ তোকথিবা তান্নি,
মক অমা হোন্নি

রামচন্দ্র— কন্নি হোন্নবা গুরুদেব ?

বশিষ্ঠ— (সোন মপী হোনবা) জানকী লৈতে,
জানকী য়াওদনদি যজ্ঞ য়াদে।

(সোন মপী অমুক হোনবা)

লক্ষ্মণ— য়াবিকন্নু গুরুদেব,
লৈতবা লৈতে।
গুরুদেবগী কৃপা লৈরবা,
রঘুনাথগী য়াথং লৈরবা,
আর্য্যা জানকী, মিৎনা কুপ্পা 'মদা,
লৈগনি।

বশিষ্ঠ— নত্রবদি দারান্তর পরিগ্রহ তৌবা তাই !

রামচন্দ্র— গুরুদেব,
মণীং লাকওমদবা ব্রাহ্মণ বধগী পাপ
লৈরসনু.
মাহুগী পাপ্পা জন্ম কোটিদা তীন-কাও
ওইরসনু,

অৱাবদো পুগনি—
ভূমিখানা মুত্রিমথৈ পুরবম্ব
পুরগনি,
দারান্তর পরিগ্রহদি তৌররোই
করিমুংদা ঐ।
রাজধর্মনা লঙকম খোকপনা লখিবনি
সতীদা,
স্বামীধর্মনদি ভৌকম খোকই সতীগী
মর্য্যাদা।
চৎলি মুংদা তৎপা লৈত জানকীগী
প্রেমগী পূজা।
গুরুদেব,
ভাকপিগনি ভম্লোইদোবে রামা নঙী
রাথং ভাকপা !

বশিষ্ঠ— মরে অদুদি আয়ুষন্,
যজ্ঞদি তৌদবা রাদে,
পাটেশ্বরীগী সনাগী মুর্ত্তি নিরূপণ
তৌরসি,
সনা রাথং করি হায়বগে ?

রামচন্দ্র— গুরুদেব,

য়াম ঐনা পামজবমক থোক্লে,
য়াম্মা ঙস্তাইজরে।

( স্বগত ) ছুংগী পূজাদনা পেম্মরে,
পানগী পূজাম হোৌবা তারে,
ঐগী নীংবা থুংলে।

( মৈ মুৎপা )

# অহুমসুবা মতাং

## মরিস্সুবা উৎপা

### সীতাগী থাংবোকপগ

( সীতা রানা কমন্ডলুনা লৈরক্পা, সোর মপী হেন্নবা ইচৈনা অরা-পোথোকপা )

সীতাদেবী— ইশৈ

অরাবগী অহিং কয়া থ'ম্বিগনি—
ঙাংলো ঙাক্লো ইকুং ঙাক্লো,
থক্লো ওক্লে মিৎকী পিগ!
কায়নবগী মৈচাক কয়া চাকথিগনি—
ওক্লে মুৎলো মৈচাক মুৎলো
কেক্লে হকচাং ওক্লে মুৎলো।
তমথি' নিংথম ঋতু কয়া লৈথখিনি—
পুক্নীং লৈরাং লৈমল চক্লে,
লোয়রে লৈথোক কেনবা ভাবে,
মুজা ওইবী হকচাং কয়াবু থাঙ্গনি!

রঘুমণি,
নহাম্বুকী মপোক্তা
কমি পাপ তৌরক্লবনা

হন্দকী মপোক 'সিদা
কাওথোক্লরবা শ্রীচরণনা !
নাইবকথীবী থৌশী ইবাম্মা
রঘুশাগৈগী তাঙনবা লৈবাক অনীশিনা
চীক্লবা তাম্লবা তমসাগী
খোঙবালিদা,
উরুংসিদা
বারে লৈম্নিবা নাম্নকা শাংপা
লৈবাং ওইনা ।
লৈখোং দীরকপা কাল ওইরে,
বনগী ওইখিবা তারে ।
রঘু শাগৈ চিংখররবনি,
নীংখিবা মিংচং মক্লরনি । ( কন্না )

( কুশীলব চংলকপা )

কুশ— মাতঃ
ওসিদি রামায়ণ মতাং অমা অথয়ক্লে—
সুংশিখরে, কম্প্রংখরে !

( লবদা ) কম্প্রিংদরনে 'হুজ !

লব— ঐদি ভ্রাতঃ কম্বরু লোইত্রি—

অনীমক— শকেদো ইমা, নও তাররদি শিনি ।

সীতাদেবী – (মক তন্ নুক লোম্না পি তৈখোক তৈবোক্না )
শকউ, তাগে ইমা !

## ইশৈ

কুশীলব— ( অভিনয়গা লোয়ননা ) মিৎয়া-থবাল-মানবা রাম
রঘুমণি,

প্রজাদা নুংঙবা কৌশল্যাগী মণি !
চাম্নথোইবী সীতা
থাথি লায়না বন্দা।
কায়না-মৈচাক পূবা
থুপথি মুংদা 'কনবা।
কোকথি মিংচৎ খীবা
লৈবাক্কা থোক্তিনবা।
ককথি চুংশি ঊচেল,
পাম্বি পাম্বা পুকচেল।
শাৎথি লৈরাং অনী নারক্কা শোঙলবা,
ত্তিনথি স্না-ঈ অনী কাঙলুপ্তা চাক্লিবা।
বম্না চাক্কা ওইথি,
উচৈ চৌন্দরথি।
উনা য়াত্তানথি,
উক্ক মোনথাংনথি।
উকু ফিরোয়নথি,
জটা লৈজেনথি।

সীতা লাইবকথীবী কপ্না লেনথি বন্দা,
সতী লৈজেং ওইবী সোনথি মাহু নুংদা।

কুশ— মা, নঙনা রামায়ণ হেক তাবগা
করিগীনো হেক্ত কপ্লসিবো !

লব— অষ, নঙনা কপ্পা উরগা
পুবা ঙমদে থবায়, থক কপকছু,
তোকও !

সীতাদেবী— ইবুংঙো অনী
ইমা কপ্পবা ঙমজদে,
লাইবকথীবী সীতাগী অবা'মপাউ তাবদা
কপ্লোইদোবা কনা লৈ !
জগৎকী মবুঙো,
ধর্মগী উপাল,
রামগী নামামৃত সোনবা তাবদা
কনা কপ্লোইদোবা লৈ !

লব— ভ্রাতঃ অসাই গুরুদেবনা হায়বদো,
ইমাদা তমথোক্লসিদো !

কুশ— অষ,
হয়েংমথেদি ইচৗমাওবু খুৎলাই
ভখিরনি হায়,
নিংথোগী মচানি খুৎলাই য়াম্বা হৈতবা
য়াদে হায় !

লব— অয়,
ঐখোই ইপা কনানো,
করি লৈবাক্তী নিংখোনো,
নঙ করিগী 'সিদা লৈরিবনো ? ( মমাদা য়েংহনা লৈবা )

( সীতাদেবী কপ্পা )

কুশ— অয়,
'হুজনা অতাং ওইহনা হংলিবনি,
তোকও, হংহনবোই অমুক,
তোকও পামা তোকও !

লব— অয়,
হংজরবোই ঐ থক,
লাক্লে মা, হংজরবোই ঐ থক !

সীতাদেবী— ইমাইবুঙো 'নী, বাবা তৌগনু !
পৃথ্বী ফাওরবা শাগৈদা পোকপনি,
নিংথোকোম্বা হনবা লৈবকোম্বা পোবা
মনা কবাল লাং মগৎ পুরা কোরগবোবা
নচাগুনাওনি নোবানী !

ওইবি থয়দংদ বিধাতানা য়েক্লবা,
লাক্লগনি মঙ্গল কবি থোইনা বারম্ব !

বিধাতানা য়েক্লবা ওইবিদৈ
পিতৃ-মাতৃ মশক থওবা য়াত্রিদৈ
হংহৈদে কোনোয় মপাউ, হংগম্ব থক !

( মৈ মুৎপা )

---

# মরিসূবা মতাং

## অহানবা উৎপা

( লৈমকোল—সীতাদেবীগী কা )

( রামচন্দ্র মায়খোং মরূা ফম্বা )

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) জানকি, চায়থোইবি,

কৈদৌনা লাক্ক্রে, কৈদৌরে কৌজ্রবদি

"থবায়গী মবুঙো" !

য়েংউ সভাসদ পূম্নমক কোয়ৌ শিন্থা

পাঙলদ্রনা

পূনশি-লোয়নীন-ওইবীশিংগী প্রেমসেবা

ঊথোলাংবনা

ময়ুম মায়গৈ তমথরে থোইমু শাহল

তন্ লৌ লোইনা !

য়াচঙলৈমনা সনা-লমওক থোগক্লকপদা

হীক্লা,

অস্তাচল মায়গৈ তমথরে চোক্লবা কোয়ৌ-

হনবনা

সন্ধ্যালক্তীগী মশাইগোল, পোথা ঊথো

লাংজবনা !

লমজাউদা লম্বাংদা চাকবা

কাওরেল মণী মথ্রা

অযোধ্যা নগরী তমশিন্নক্কে

শজিক থৎনা থৎনা

পোশাকমনি ইশাইগোন্দা মতা

হয়াউ খোঙদোইনা।

পোম্বী চেক্লাগী কাওলুম্,

চাক্তাকখা থাম্না তাম্না

পাইনম্বক্কে নোংদোন কৈগাক

মকোন মকোন তম্না তম্না

অম্বা পোথোক্লুগে মতা

মকোন মকোন্দা হুন্ডাইনা।

য়াম ঐহাকস্থ নদী থেম ঈথো লাংথনা

চেক্লি নহাক্তী নশাইগোন তমহুনা

কৌয়ো কৌয়ো নদী মিয়বা খোক্কো

"থবামগী মবুঙো"!

ঐগী জানকী, তমসানদোগী মপান্দা,

তক্ল' বনগী ময়ামদা, হুজা-ওইবী মথন্দ!

ইস্—

যাব ঐগী হুপদা চাক্লিবা মৈ 'সে

অহিং-হুংখিল 'নীদা মৈরি লিশিং

ফাংনা—

লমজাউ-লমৈ-নম্বা মাগী মৈশানা

থম্মোয় থোম্না থোম্না চাক্লিব'সে—
মৃৎপা নাইররোই, থগুলে,
কদোগুংদা—
হকচাংনা লৈতাইত্রি' মথৈদি
থরাম্না নোংদাইত্রি' ফাওবদি
মৃৎপা লৈররোই করিগুম' মতমদা।

আঃ—
অয়েবদা লঁড্ইদা নভোন্দা সতী,
তমথিবা অগ্নি পরীক্ষা।
ফাওরেদো ঙসিদি ঐ-ইশাদা মৈশা—
কল্লিগত্রা অস্নক নঙনা থাম্বিবা মৈশাদো।
হৌজিক্সু 'মুক লঁভিদো নভোন্দা সতী,
লঁভি থঙনা নৌছো মৈশা'
অয়েবদা লঙমন পাম্লি ঐভোন্দা মৈশা—
কল্লিগত্রা অস্নক নঙনা থাঙলিবা মৈশাদো!
কপ্সু সতি,
শিল্পৌ পি
'তৎপা লৈত রারবী তমসাগী
থোভবান্দা!
হৌরসম্ব পিগী ঊহৌ,
পোক্লসম্ব পিগী ঊচাউ
ঊচাও মতম গঙ্গাগী, গঙ্গাথারবা—
লুপ্পসি,
লুপ্পমিররসি

থরুসি থৈরসি পুনশি'সি হন্দক্ন্ত্রী
পি 'সিনা !

( লক্ষ্মণ চঙলকপা )

লক্ষ্মণ— ভ্রাতঃ দেবীগী স্বর্ণ প্রতিমা কৎলয়ে,
সনা মিৎয়েং তাবিবা য়ারগনি !

রামচন্দ্র – করি স্বর্ণ প্রতিমা !
য়েংসি চৎলু ইবুঙো !

( মফম হোংবা )

( লক্ষ্মণনা মন্দির থোঙ হাংবা—রামচন্দ্রনা
প্রতিমূর্ত্তি উবা )

রামচন্দ্র— ( মুয়া য়েংবা ) জানকি,
চায়থোইবি !
কৌ 'মুক
থরায়গী মবুঙো,
হায়উ 'মুক
থবায়া কোরোগী,
থয়োনা থাজগী,
জানকী কোবী ঐনা রঘুমণিগী—
ইপোক থুদিং হুপী ওইনা পোকে,
পীনৌ হে দেবতে,
নঙী প্রেম সেবা ফংজবা ওইগে।
( সোর মপী হোনবা )

ধর্ম, রাজধর্ম,
　　　ওক্রে নঙ্গী ধর্ম—
ধর্মগী বিচার—সতীগী মিত্তা পি,
ধর্মগী ফল—চাউলবা মৈগী কথী !
হন্দক্কি নিংখৌ ওইনা পোক্লে,
তমথিবা, নঙ্গী নথা পোক্লে !
রাজসিংহাসন,
ধর্মগী আসন,
মতুংগী জম্মগীদি বিদায় !

( মৈ মূৎপা )

# মরিসূবা মতাং

## অনীস্থুবা উৎপা

( শঙ্গায়' মচা—রামচন্দ্র তুমিন ফমছনা নৈবা—লক্ষ্মণ চঙলকপা )

লক্ষ্মণ— ভ্রাতঃ শ্রীচরণদা ভক্তি কচ্চরি !  ( খুরুম্বা )

গুরুদেবগী য়াথং মতুং ইন্

গোমতী তীর্থ মপান্দা,

নৈমিষারণ্যদা

যজ্ঞগী দ্রব্যসম্ভার পূম্বা পৈরে!

দেব ব্রাহ্মণ লোইনা বার্তন কৎথরে,

সামন্ত নৃপতি পূম্বা কৌথরে,

লঙ্কাগী মবুঙো বিভীষণ,

কিষ্কিন্ধ্যাগী মবুঙো সুগ্রীব,

ঋক্ষরাজ জাম্বুবান

বৈষ্ণবরাজ হনুমান

সারুগনি লোইনবা থুনা !

শগোল,ঙাকনি ননাই ঐনা

যজ্ঞ ক্ষেত্র শেম্নি অতৈনা !

( নেপথ্যদা য়েং ) য়োবু য়োয়ক্লে ধবলীদি।  ( হনুমান চঙলকপা )

হনুমান— জৈ রঘুমণি,

জৈ সীতাপতি,

জৈ সীতারাম !

শ্রীচরণদা ননাই ধবলী ভক্তি কচ্ছবি।

( লক্ষ্মণদা ) ঊর্ম্মিলাগী মবুঙো,

শ্রীচরণদা ননাই ধবলী ভক্তি কচ্ছরি।

লক্ষ্মণ— সর্বকুশলম্ !

রামচন্দ্র- চঙলকউ ধবলি ! ( রামচন্দ্রনা হনুমানগী সোগন্ধ লৌবা, হনুমানন শ্রীচরণ মরাংবক কৎপা )

হনুমান— ( রামগী শ্রীচরণ মরায়বক কৎনা কৎনা ) ইমাগী দর্শন অমুক্ত তৌহনখিগে প্রভু।
( রামচন্দ্র তুমিন লু লুকথবা )

লক্ষ্মণ— ফংলরোই দর্শন।

হনুমান ( ঙরা ) করিগী ?

লক্ষ্মণ— পাপ রাবণগী মখুৎ চমুই চিংনৈ
অযোধ্যাগী প্রজা
থাজ-ভমদে মখোয় কনা সতীগী
অগ্নি-পরীক্ষা।
প্রজাবরনা রাজধর্মনিনা থাম্রে দেবী
বন্দা !

হনুমান— করি হায়বা হৌজিক্তী সনা য়াথংঙ্গ্রো—
প্রজানা চিংনবা,
ইমাবু বন্দা !
মচানিপা হনুমান হায়ব'মা
সিদ্ধি নীপালনা তন্ শক্তয়বা
মিংকুপ্তা পৃথ্বী থক-থা ওন-ঙবা
নৈ হায়বসিদি কাউইনে !
মমাদা লঁঙ্গবদি
মচা চোংথোয়ক্তনি হায়বসিদি থঙেনে !
ইমা জানকীনা বন্দা
অযোধ্যানা রসাতলদা
হায়বসিদি নীংসংদেনে !
য়েংসি ঙসিদি প্রজাগী গুণ,
য়েংসি রাজধর্মগী গুণ !
রঘুমণিস্থ
ইবুঙো উর্ম্মিলাগী মবুঙোস্থ
ঙাকপিগনি ননাই থবদীবু !
অযোধ্যানা ইমা বন্দা থাবা
ঐহাক্তা ইমাগী লম্বল থুবা—
জৈ শ্রীরাম ! ( গদা হাইগংকে তৌবা )

রামচন্দ্র— মাঙলে মাঙলে থবদি ! ( চেঙ্খিন্দুনা গদা ফাবা )

( মৈ মুংপা )

# মরিসুবা মতাং

## অহুমসুবা উৎপা

## লমী

( বাগীশগা শাস্ত্রীগা ওয়বা )

বাগীশ— এঃ শাস্ত্রীনিনা !

শাস্ত্রী— মানি বাগীশ ঐনি ।

বাগীশ— কৈদনিনা ?

শাস্ত্রী— মক্ত চৎকে লাকপনিনে ।

বাগীশ— কক্ষো, খোঙবু লৈত্তে বাকবদি হুংশিন্নবা অমত্তম কংলোদনা,

চৎলো চৎলো চৎসি চৎলো চৎলো ।

শাস্ত্রী— কয়ম্বু পাজিবগে, থম্বু ফরিবরা ?

বাগীশ— করম ভৌনি, ব্রাহ্মণনিনা মীগী ইমাৎ পূজা থম্না ভৌ, নিমন্ত্রণ থম্না লৌ, অমম পওপান মপানবা হায়বচুনি । বাখয়েদা চাবিনবনদি য়াম, শজিনদি ময়াং কং কৈদগী চাগে চাগেদ মহায় হায়বচু ভৌমিয়ে ।

শাস্ত্রী— ফোয়নে, বাগ্রেনে ব্রাহ্মণ হায়বনে । পোৎপু লাজন

শূবগ্‌ম মাং, মীনিদা শেৎ-চাবম মাং, লোজনাম-পুজনাম-নিজনাম হায়বা নীতি অহমসি হৈতবা ইয়া মরাদমচ্রি। হুক্তি ঐদি তর্পণদা নিমন্ত্রণ অমত হনবা তৌরবনি। লোংমদা কনাগী কৈক্রা হায়দুনা মফম মঙা তরুক প্রাসাদি সেবন তৌ দক্ষিণা থবা তাম্লোদুনা ঙসিফাওদ্রম ঠাকুর সেবা কাবক চৎম-থিয়ে, কায়ম্রে। ঐথোয়দি তনবগা য়াবা নত্তে।

বাগীশ— কৈদা যজ্ঞগীদি করি করম তায় ?

শাস্ত্রী— অশ্বমেধনি, রাজচক্রবর্তীদনা তৌবনি, হিরণ্যগর্ভগী খুভম তানবনি, হৈথবদ মঙায়দনা কৈদৌনি!

বাগীশ— মংৰ্ত্তিক মচুরনি হায়বা কৈম লৈতে, কুংশিং অঙাওব'মনা হমদোক্লগা অদুম লোইয়ে, কৈদৌনি!

শাস্ত্রী— মাদুম চুম্মি, লানবা নত্তে, অদুদা রঘুবংশ, রঘুবংশগী নিংথৌ হায়বসে জগৎকী ফিদম ওইবা ঙাক্লি, নীংথিবা মরামসিদা শ্রীরাম্না অমুকম থোইথোই-বনি। শক্লোল-য়াবা মীওইশোকী শক্লোল খুদিং ফিদম-ওইবা মহাক্লি। নিংথৌ ওইনা প্রজারঞ্জনগী সীতাসতীবু বন্দা থাম। মপুরোইবা ওইনা

একপত্নীক্নি, সীতাদেবীগী স্বর্ণপ্রতিমানা যজ্ঞগী শরুক য়ারি তায়। মহাত্মিমক্কি জগৎ কল্যাণগী লাইনা রীতি-নীতি অসিগে লাকপদোনা ত্তোই। যজ্ঞগী চপচানা তৌগনি নীংদবা ওমদে ননোঁ ঙি।

( মৈ মুৎপা )

---

# মরিসূবা মতাং

## মরিস্সুবা উৎপা

( তমসাগী খোঙবাল, কুশ হিগ্‌না লৈবা, লব চেহিল্লকপা )

লব— ভ্রাতঃ
যজ্ঞগী শগোল হায়বদো রাম মাস্তি,
শগোল'মা তপোবনলোমদা চেল্লি !
মতুংদম্ মশীং লাকওমদবা রথ লাক্লি,
অসিনম্ তপোবন ফাওজনা চেল্লবদি
শোয়ররোই তপোবনগী শান্তিভঙ্গদি !

কুশ— হা অনুজ,
চেল্ চেল্, মাঙবা তারে, মাঙবা তারে,
বনগী হৈপাল নৈপাল লোইনা মাঙবা তারে !
বনবাসী শোকপনা হানথিনি,
ইমা য়াম্মা লুংশা থীরগনি।
গুরুদেব লেঙলরুগা
বনগী অমাঙবা উরগা
পুক্লীং য়াম্মা লংঙাইয়ররোই,
ওনাংররনি ! (চেহোকথিবা—
লক্ষণ চঙলকপা )

লক্ষণ— কদায় শগোলদি,

লৈশিনথিবদ মতামরি, কদায় য়ৌগ্রে !
তপোবন্রি, কাম্মিনিঙায় কনা লৈবগ্ন নত্তে
অযোধ্যাগী মঙ্গংনি য়েক্ন' কনা লৈকমগ্ন থোক্কে ।
লাইশী থাঁয়ায়া,
মীনা তৌরিত্রা !
য়ৌবমদাইদা হিরাকদৌদ্রিবরা,
মজ্জ ভঙ্গছুম ওইগদৌরিবরা ।

( কুশলব চঞ্চলকপা, নোঙ্গি নোঙ্গি লেপ্লবা )

( অতাং'নী উবদা ) এঃ তুংশিল্লেদা !
ইবুঙো'নী ন্যথোয় মজ্জগী শগোলগা উবরা ?

কুশ— পরিচয় হায়া 'মুক্ত পীবিথিদি ।

লক্ষ্মণ— ( স্বগত ) ডাঙথোক্লকপনা তুংশিল্লিবা !
( কোংনা ) ঐ অযোধ্যাগী মবুঙো শ্রীরামগী অহুমনি,
মিংনা লক্ষ্মণ কৌই ।
মজ্জগী শগোল ডাকপনি ।
শগোল মকমগা থঙলংবদি অমুক্ত ভাকসিবা
ইবুঙো'নী !

কুশ— ও—শগোলদি ঐথোয় 'চীয়াওনা কাজরে—

লক্ষ্মণ— ( নোক্ত্না ) ইবুঙো'নী,
নথোয়না কাঁবা থাঁবা শগোল নত্তে,

শায়নবা অমা শীরমগে,
পুরক্নো চৎলো, থীনবা য়াদ্রে!

( কুশীলব মচীন্নাও য়েংনহ্না নোকপা )

কুশ— ( নোকখেং মহাবীর,
নোকখেং ) মহৎ হেক হেক শীরম পুথিরকপা শগোল !

লব— ( নোকখেং মহাবল, হোনাব লালস্না বাখল
নোকখেং ) ভোথিনবা নীংসিংজরি।

লক্ষ্মণ— ( স্বগত ) করিনো, অঙাং'নীদিদি চুম্না অঙাং নত্তেনা !
( ফোংনা ) ইথুঙো'নী ফ'গি ভোরম, পুরক্নো শগোল !

কুশ— কাপি নচ্চদে,
ভোভম্ব খোক্কে,
শগোলশীদি শান্না লেপকম থোকই।

লক্ষ্মণ— ( ওক্না ) নথোর কনানো ?

কুশ— ওসিদি ঐথোর শক ভাবে—শত্রুনি !

লব— শগোল কাকথননিনা !

লক্ষ্মণ— নথোয়দি শগোলগী, কৈত্তৌননি ?

কুশ— অতৈনদি কৈদৌনৈ ?

লক্ষ্মণ— মনা খপাদি মঙল ওইরে।

কুশ— ঐথোয়গী অহ্'নীনি অহ্ম।

লক্ষ্মণ— ( স্বগত ) য়ারোইদৌরি অঙাং'নীসে

মোহাস্ত্র অমত্তং কাপ্পগে,

শগোল ভয়া অদুম কাপ্পগে।

( য়ে'দুনা ) পায়রো খুৎলাই,

কয়দৌনি য়য়াত্রবনিনা !

কুশ— অতিথিনি,

লব— হায়া কাপ্পিসি !

লক্ষ্মণ— খঙত্রেদা তৌরিবসে,

জৈ বিষ্ণু ! ( মোহাস্ত্র তেংগা থোংবা )

কুশ— মহাবীর,

তেল হত্পিনবিসি, নঙণ মাঙলনি !

মোহাস্ত্রনদি ঐথোয়দা কৈস্থ তৌবা য়ারোই

লব— অতুগী শরুকপুদি

নীংথিবা লাল তৌবিবনদুম হেয়া ফগনি !

লক্ষ্মণ— ( স্বগত ) তেংহত্পু, থঙি—

লাইগী মায়া শোয়দনা ওইবা তাই,

মত্ত ভঙ্গী ময়ম শীনবা তাই।

হরে, করম তৌনি !

ময়াদা অমৃতরস কোক্লুবা,

পোৎদ মভায়থিবা,

ঋৈশক লৈচু নাইত্রিবা,
লাংগোয়া খুৎলাই ওইবা,
অতাং'নীসিনা পিত্রিবা,
লক্ষ্মণগী খোছাত্র থাওবা,
কবি নাচুংবা লৈতবা,
থওদে 'কনবা লান নত্তনদি কৈন্থ য়ায়রোই,
য়ারোইদ্রৌবি।

( কোংনা ) ইবুঙো'নী,
নোবানীবু কনানো ?

কুশ— ঐখোয় শক্রনি !

লক্ষ্মণ— নত্তে, পরিচয় তাকউ,
পরিচয় থক্তনদি লান তৌনিংদে,
থক তৌহৈদে,
ক্ষাত্রধর্মগী থাংমনি।

কুশ— চুম্মি মহাবীর,
ঐখোয় নিংথৌগী মচানি,
লুরবা ক্ষত্রীয়গী ঊনি,
ঐখোয়গা লাল পাবদা ক্ষাত্র ধর্ম
থক পোক্লোই !

লব— শ্রীমায়া বিশ্বামিত্রগী শিষ্য
ইচীয়াওনা বাল্মীকিগী শিষ্য

লাহাক্সি রূপ মচাম,
রূপ লেংনবা ময়ায় !

লক্ষ্মণ— ( য়ায়া চিংননা অমস্থং থোয়াংনা ) হায়খো 'মূক লোইনা,
তাকখো 'মূক লেংনা
ইবুঙো'নী,
নোবানী ময়ায়বক ফবা নিংথৌ কনাই
হুমিথানো ?
ময়ায়বক-ফবী সতী কনাই কিজিগী ম'প
ঙাক্লো ?

কুশ— পহৌগী কোলোয় পুইহৈনদে,
পলেমগী শিংথৈ হায়হৈদে,
গুরুদেবগী মানানি,
ইমালেমগী মাথংনি।

লক্ষ্মণ— লানগীদি—মরেপে,
ময়াক্লেবনা ইবুঙো'নী !

কুশ— অতিথি সেবা লৌখিবসি,
ৱাঙ্খোবা মাদে মতাংননি !
'জৈ শ্রীরাম ! ( তেন কাপ্পা )

লব— ৱাঙ্খোবা মাদে মফমনি !
'জৈ শ্রীরাম ! ( তেন কাপ্পা )

লক্ষ্মণ— ওঃ ওহোকপা দশানি,
ঐবু তেন হনবা মতারবা !
ইচ্ছাময়, নঙ্গী ইচ্ছানিদো,
ঙৈ বিষ্ণু ! (তেন হনবা)

(লোয়ননা মৈ মুৎপা)

---

# মরিসুবা মতাং

## মঙাসুবা উৎপা

### লমী

শঙ্কু— (চেহোরকপা) মাঙলে মাঙলে মনাও ইবুঙো লক্ষ্মণ তুরে, তেংগোল মৃৎলে, করি হায়না পাউদম্মু বা! (ফমধবা, সোর মপী হোনবা)

পঙ্কু— (চেঙ্হিল্লকপা) কনানো নঙবো?

শঙ্কু— হা লাক্লেদনা (হৌগস্তুনা চেনগে তৌবা—পঙ্কুনা ফাবা), ঐ লাল যাওজদে—ঐ লালগা যাওজদে, ঐ তীর্থ চচ্চবনি—ব্রাহ্মণনি, তৌবিহ তৌবিহ (ক্রুং ক্রুং চোংবা), থবায়দদি কনবিয়ু; ঐ ইচা পিশক য়াম লৈ—ঐ সনাতন ধর্মগা পামজদে, করিমত পামজদে; হা দুর্লভ মমা, নঙদি উররিরোইদো ঐনা বারিবসে; হা, নঙবু কদায়দা!

পঙ্কু— তপথখোনে শঙ্কু নঙবু!

শঙ্কু— মাঙলেনে মাঙলেনে মিংশ্ব থঙবিরম্লেনে। অথমনা থিবিরক্লমাম্লেনে—হা!

পঙ্কু— ঐনিনহায়, ঐ পঙ্কুনিনে, বা হায়গে তাওনে, নঙবু নিপা নত্তবদোনা, করিনো তৌরিবন্সিবো, নতোমদ

থেংনবস্ম নত্তে, ঐস্ম নদা অমত্তনি, ঐগীস্ম নঙী দশাসিমক্লি, কম্নিগীনো নঙনা অস্মক পাথৎলিবসিবো!

শঙ্কু— হা পঙ্কু ইকাইথরেদা (ম্যায় খুম্বা), মীভোন্দা হায়দোকত্নকো, চাক কৌজগেকো, ঐদি অভাং অনীত্নগী ভাবতা তৌথিত্ননা শিরগদোবোইদ থনগ্রে, নচন্দুনা মচা পিশক পিশকশিংগা ম্বাহৌগদৌবত্ত উথরে। কম্নি হায়নি!

পঙ্কু— সংসার অসি ভান্নি, ম্বাকন্থ। হিংলিমথৈ ইথৌ তৌবা তাই। শগোল তোংত্ননা থৌগনপাউ চেনবা য়াওরো লাউ, ঐ লানফম কোইবা য়াওহৌগে।

( মৈ মূৎপা )

# মরিসুবা মতাং

## তরুকসুবা উৎপা

### যজ্ঞশালী কা অমা

( রামচন্দ্র ফমলবা )

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) লক্ষ্মণ তুরবা ।

জ্ঞান তারকপদগী ওসি কাওবদা,
ঐগী সেবাদনা মথৌ ওই লাক্লবা,
রাম ঐগী দমক্ত
অবা-অনংদগা তায়োন্ন লাক্লবা
লক্ষ্মণ তুরবা !
শয়েং পাখোম তেক্লে,
করি গতি লৈত্রে,
অসি মঙায়রে চঙাইবা ।

ইবুঙো লক্ষ্মণ.
নোংমক ইরাখবু,
মিংকুপ্পি অমত্তবু
থারক্লবা নঙ নক্রা !
চহী তরাগা মরিগী বনগী অবাবা
খোঙতমদা
লুজায় থকী তুরেম্না থূদিনবগুম নুংকম থূদিং

থারক্ত্রবা নঙ নত্রা !
অকনবা নোংছু হুংশা থীনা চা
ফোগ্নবা পুনশি হি
হিথারকপা হিথেন্নকপা হিশেনকপা
হিথোরকপা—
মানি নঙ, নঙনি, নত্রা !
লোইহে হৌজিক্তি কায়রনি লুপ্পনি শোয়ত্রে
পুনশি হি !

( হনুমান চঙলকপা )

হনুমান— প্রভু, ননাও ইবুঙো অনীস্ন বীরগতি তানগ্রে,
অকন-অথৌ কোঙায়'মস্ন অহনি—
কোয়ৌ নোংগাগ্রে।
ভেংগোল মপু পাগ্রে—ভৌকম থগ্রে,
কঁঙাওনরে তারে,
লানফম থোঙদাদবা য়ারোইদৌরে, লেঙবনা ফরনি,
লেঙনবা তৌরসি !

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) ভরত, শত্রুঘ্নস্ন তুরবা !
পুন্নমক লোইনা চৎথরবা—
সতীগী মিত্তগী পি,
সীতাগী মিত্তগী পি,
মাঙলোই, লোম্না থক মাঙলোই।

ধর্ম—রাজ ধর্ম,

কৈদৌরে কল্লোদনা !
নঙী কললা অহুম মওইরবদি
লৈত্রে জগত্তা নঙী আসন্দি !

লোইনা তুরবা,
ইনাওশিং অমত্ত হিংব্রবা !
সতীদা লওবগী প্রায়শ্চিত্তনি।

প্রজা, অযোধ্যাগী প্রজা !
নত্তে, ঐগী দোষনি,
নিয়তিগী লীলানি—

( বশিষ্ঠ চঙলকপা )

বশিষ্ঠ— ( খুৎ থাংগত্তুনা ) কুশলম্ আয়ুষন্ !

রামচন্দ্র— শ্রীচরণদা ভক্তি কচ্চরি গুরুদেব !

বশিষ্ঠ— যাত্রাগী কাল নাম্বোকনি,
লেঙশিল্লসি মাহেন্দ্র যোগ লাক্লে !

( মৈ মুৎপা )

# মরিসুবা মতাং

## তরেৎসুবা উৎপা

### লানফম—তম্নসাগী খোঙবাল

( কুশ উদা ওাড়না ফন্দা—লব নাকল ওইরপ হিম্না )

লব— ভ্রাতঃ কনা লাক্তনি হন্দক্তি ?

কুশ— ( রাথল তৌরপ্না ) শ্রীরাম লেঁঙকপা য়াই হন্দক্তি ।

লব— হুণ্ডাইনিদা শোযত্রবদে !
বিৎকা নাকোংগা রাথৈনরনিদো ।

কুশ— অঘ্. ঈরাং অমা তৌইহায় !
থুম্ন, থুপ্সি উ মরুমদা । ( থুপ্না )

( রামচন্দ্র লেঙশিনকপা )

লব— এঃ ফজপ্রেদা, ফুংশিপ্রেদা,
মতম্বাক অসিদা চোংশিন ফম্নীংপ্রেদা !

কুশ— হাই, মী তানি !

রামচন্দ্র— কদায় অঙাং অনী হায়বদে !

( কুশীলব চোংখোয়কপা )

কুশ— বন্দে রামং রাজেন্দ্রং রঘুকুলতিলকম্ !

লব— বন্দে সত্যসন্ধং সত্যকামং সীতাপতিম্ !

রামচন্দ্র (স্বগত) এঃ মুংশিল্লেদা, করিনো, শক্তম অনীসিদে !
(অঙাং অনীদা) ইবুঙো অনী,
নোংবানীরু কনানো ?

কুশ— দেব, ঐখোয় দেবগী প্রজানি !

লব— খোইরম্মা ওসিদি ঐখোয় শক্তনি !

রামচন্দ্র— থওলে অচুদি—
হায়রু ইবুঙো'নী,
নোংবানীসে লাইবককবী কনাই ফিজি লম্মো,
লাইবককবা কনাই প্রেমগী অতাওবা অথেম্মো,
হায়উ হায়উ, ইবুঙো'মী হায়উ !

কুশ— দেব, ওহোল্লা ইকাইবা বানি,
পলেম পহো্ মশক মুন্না থওদে !

লব— গুরুদেবনা অমুক্ত মুন্না থক তাকপিদে,
ইমাদি কৈদৌনি, হংলগা কমদ থংবৈ !
হংগচ্ছগে 'দ্রবু থওজবা থমগী মথে—
( মচাম্মনাওনা ইশৈনা পরিচয় তাকপা )

**ইশৈ**

তাবিসি হে মহারাজ,

পলেম পম্বৌ কনাঁনো!
ইপানা নিংথৌ রাইকবনি,
ইমানা বনগী লাইনিংথৌনি।
পম্বৌ কোলোয় থঙজদে,
পলেম মিংথৈ ফংজদে।
পম্বৌনা ধর্ম চেৎপনি,
পলেম্মা সতী সাধ্বীনি,
সতীশিংগী লৈতেংনি।

( রাহৈনা-মখুৎ লোয়রুনা ) ঐথোয়না থঙজবা সিদনি দেব।

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) শোয়দে, শোয়রোই মানি জানকীগী গর্ভগী তীল।
( ফোংনা ) ইবুঙো'নী, নোবানী থিস্তুং লোনম্রে!

মচীন্নাও— ( ইশৈনা ওকপা ) তপোবন্দা পোকপনি,
ঋষি কোন্দা চাউবনি,
লোনবা মরূপ সাজদে,
মীনবা মশক থঙজদে!

কুশ— দেব, থাজবিসি, অরেপ্পা বানি!

লব— দেব,
ঐথোয় নাগরিক নচঁদে,
রা থুম্ভোপ থুপচিল হৈজদে!

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) মানি শোয়রোই মানি, জানকীগী গর্ভগী তীল।
( ফোংনা ) ইবুঙো'নী,
নোবানী ঐগী শত্রু নত্তে,

ঐদি করিমত অহুম থন্দে।
শগোল পুথোয়ক্লো, যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীরুসি,
মহর্ষিদগী নথোয়গী পরিচয় অহুক লৌখিসি,
রাম ঐগী ইক্ষদগী আদর আপ্যায়ন
শোয়রোই ফংনি!

কুশ— দেব, প্রজা ওইবা ঐখোয়না
দেবগুরু নিংথৌগী মায়োক্তা লেপ্লা অসি
পাপ লৌজবনি, থন্নুবদা ইকাইনিঙায়নি।
অহুব, গুরু বাক্যনা কনবগা
মতয়গা খিৎ য়েক্লবা ওইবগা
শগোল থাবা ঙম্লোইদৌরিএ দেব!

রামচন্দ্র— (স্বগত) য়ারোইদৌরি কয়মো, লুপ্রেদা—
শগোলদি লৌদবা য়াদে?
লান্স্ কয়ম তৌনি, অঙাং ঙাক্নি, চিংস্ন চিংনৈ।
থয়া কিহন্দুনা অহুক লৌবা য়াত্রা য়েংগে।
(ফোংনা) ইবুঙো অনী নথোয় ঐবু য়ুম্না থঙরে—
নথোয়গী হকচাংহুনা লৈরাংগুম
থোৎ-নৌরবা
থাঙনি কয়ম তেল বৈরি ওই শার্দ্দই
কাপথোয়কপা!
নিক্লিবনি মরোল'হম মাগী লীরী থোক্লেন্দা,
তুপ্পবনি মায়াবী কয়া কয়া মঙোন্দা!
নথোয়দি অঙাংনি পান্মুই পোথদ মঙারবি,

শীংগছু থক ঐঙোন্দা লাল কেমছুনত তোক্নি !
লাইবকথীবী নমাগী অৱাবদ থোকনি !

কুশ— দেব, নাপলদি তৌবিগছুসি, লোইনবা থঙজৈ !

লব— তৌবিসি হৌনৈ দেব, 'ছুবু ৱাবিকয়ন্নসি !
থৱগে ইচীন্নাও, ভ্রাতঃ থল্লি 'মুক্ত শক্তি !

## ইশৈ

( মচীন্নাও ) শকচগে তাবিসি দেব,
অঙকপা দেবগী গুণ !
মুপী তাড়কা হাৎপা—
কল্লি হায়না নাপনবা,
ইকাই ইকাই অকনবা,
ছুপী হাৎপা অথোবা ।
ভয়থছু খুদেকপা—
শূন্না মপুম থিৎলবা,
কল্লি ফনা পাখোমদো
মপা লৈতে পাংগন্দো !
পর্শুরামগা থৌনাবা—
কপ্লাক কূক শুংলবা,
কল্লি ফনা পাংগনবা,
কিদ ওমদে লান পাবা !
ক্ষত্রী মগুণ চাউহনবা—
লোন্না বালী হাত্তুনা,

লঙ্কা রাবণ লায়াবা—

লাইথোঙ খুদিং চত্তুনা,

কবৈ কবৈ অথোবা,

ভাঁঙি লাবা অকনবা।

কুশ— দেব, ভাঁঙি লাবা, ভপেংনবক্লি—ফনা নীংথি।

লব— থনথিসি ভ্রাতঃ থিত্তংগা অমুক থহথিসি!

( ইশৈ অমুক শকথবা ) মুমেগী হুপী বন্দা থাবা—

অপঙবা মরা চাইওইবা

নীংথি নীংথি য়ীতিদো,

লৈবাক মাঙবা নীতিদো!

হুপী কনবা নীতিনি,

অতাং য়োকপা য়ীতিনি।

সীতা সতী বন্দা থাবা

ভাঁঙি লাবা ধর্ম-লৈবা!

প্রেয়সী লৈয়াং পোম্নবা

থাবুম মতা য়ুয়বা

ভয়াই বন্দা হন্দোকপা

নীংথি কনা অথোবা!

অত্তকপগী ধর্মনি,

যুগনা কিদম ওইরনি!

দেবই ধর্মই মতাম্না

নোংথক নোংথা য়ম্নি।

রামচন্দ্র— ( রাথম্না মুক্‌নবা—স্বগত ) কম্বিনো মতা হাম্না তৌম্বিবসিবো!

কুশ— দেব, লৌবিরগ্দ অতিথি সেবা—মরম্নি !

জৈ শ্রীরাম ! ( তেল কাপ্পা )

লব— দেব, রাগোবা য়াদে, কৈদৌনি—মতাংনমি !

জৈ শ্রীরাম ! ( তেল কাপ্পা )

রামচন্দ্র— ( স্বগত ) আঃ য়াত্রেদনা।

( ফোংনা ) জৈ শ্রীবিষ্ণু । ( তেল ওকপা )

( ওহাক কাপ্পবা )

( স্বগত ) মথোয়গী মন্ত্র শক্তিনা য়াম কল্লে,

ঐগীনা য়াম শোল্লে. ইশা পু'ওমল্লে,

জানকি—

( ফোংনা ) ইবুঙো'নী, ওসি ঐগী অরোইবা হুমিৎনি,

শৎলু বৈষ্ণব অস্ত্র, মাহাক্না ঐ লোইনি !

শৎলু কাপ্পু ঐবু কুইনা অরাবা পীবত্ত,

ননিংথৌ হাৎপগী দোষ করি লৈবা ভৌহু !

( স্বগত ) নপ হাৎপগীহ করিমত লৈরহু ! ( রাথম্না মথওম ভোবা, তেল কাপ্তনা লেম্না )

কুশ— দেব, তেল কাম্লিসি ।

জৈ শ্রীরাম !

রামচন্দ্র— জৈ শ্রীবিষ্ণু !

( লৈ য়ুৎপা )

---

# মঙাসুবা মতাং

## অহানবা উৎপো

### বনগী লম্বী

(বাল্মীকি ইশৈ শকু্না চঙলকপা)

### ইশৈ

ভক্ত চারি হায়বা খঙলে,
চানবি—হৈবা মপু!
নিবা পুম্বা পীনৈ উরে
পীনহৈবা মপু!
কাউজরক্লোই হে সত্যকাম, মুংশি
নঙী কোলোয়,
লোজনি হে অমৃত নঙী
মুংশিবা কোলোয়!
জৈ রাম রাঘব!

(ইশৈ মথংমা লোথবা)

খোংলমু হে মালং নহাকী লৌনবা বাণী,
খেন্নমু 'মুক ঐগী পঙলবা পুক্লীংদি শজি,
সারে, ওরে, কয়াক্ক নঙী নীলাদা শাখি!
জৈ সীতারাম!

অঙকপা থৌজাল্লি হে থৌজাল নহাক্কী,
পেন্নে কুডাইবে প্রভু ননাই বাল্মীকি ।
তুম্নি নঙনা অরা' লীলা, শাস্তবি ঐগী শাপ,
সোম্বরনি জগৎ নঙ্গী নাম কোল্লবনি তাপ ।
হে সত্যকাম, হে ইচ্ছাময়, নঙ্গী ইচ্ছানিদো !
( কুশীলব চেক্তিন্নকপা )

কুশীলব— তাত— ( মহার্ষিগী চরণ মথুৎনা শোকপা,
মহর্ষিনা অনীমক্কী সোগন্দ লৌবা )
( সোগন্দ লৌব্রিডৈ ) ঐথোয় লাল চত্রে ।
মহাবলীকাও আত্মসমর্পণ তৌবে ।

কুশ— ( লবদা ) অন্ত, মহাবলী— ( লব চেংহাকথিবা, মহাবলী পুরকপা )

বাল্মীকি— এঃ বৈষ্ণবরাজ !

মহাবলী— মহর্ষি, ভক্তি কচ্চন্নি ।

বাল্মীকি— করম থৌওন্নী মথা সোন অঙাং'নীগী
সান্নবা শক—

মহাবলী— ভমসিপে করম মহর্ষি নঙ্গী শুভস্বাস্থ্য—
ঐগী ইবুঙো রঘুমণি
ধর্মগী শিখামণি
নোজাথবে ঙসি কুমার অনীগী মথৃস্তা !
ভুবনি হান্না মনাও ইবুঙোশিং লোইনা,

( কুশীলব য়েংদুনা ) পুজয়ে ঐখুনা শ্রীমূরতি অনীসিনা—
করি লীলা কৌবা থজুনি কয়ম কনানা !

বাল্মীকি— বৈকুণ্ঠরাজ, তপথবিসি,
রঘুমণি স্বর্গারোহণ ওইরোই
লৈরি মতম ওইথিরোই !
( স্বগত ) জানকী হায়না কাহৌথিবা তারি
নত্রবদি লোইনা ইকায় কায়রনি ।
( কুশীলবতা ) ঙসি ইপু'নীনা তপোবন রক্ষা তৌরবা
থেংলে হুংঙাইবা—য়ৌরে ইপুগী হুঙাইজবা।
অদুবু মাঙহৈদবা মণি ঙাক্লি—খুজিদ্রাস,
তংহৈদবা লীক্লাং ঙাক্লি— লেংশিন্দ্রসি ।
চংলু লৈবগু লানকমদা—ইপু থুনা লাকে ।
( মহাবলীদা ) বৈকুণ্ঠরাজ, য়ারোবা য়াদে,
মতাংনা থোওইদগুম থোকদ্রে !

মহাবলী— মহর্ষি, কনানো মূর্ত্তি 'নীসে নীংথিরবা !
মথোয়গী মায়থোং উবদা ঈংনা হুংশিরবা,
কাউরি রঘুমণিগী কায়ন-বৈশা অকনবা,
ইমাগী নির্বাসনগী মৈ থদুং থোন চাক্লিবা।
ঐগী থথোয়দুংদগি থোজেল 'মনা থুপ্লবা
লাউগুম তৌরি ইষ্টদেব দেবী অনীগী
প্রতিমূর্ত্তিনি ।

বাল্মীকি— মানি বৈষ্ণবরাজ মানিং,
সতীগী পূণ্য গর্ভ ওং শাৎপা
লৈরাং ভাক্কি।

মহাবলী— জৈ রাম, কৃপানি, ফংলনি ইমাই চরণ দর্শন !

( মৈ মূৎপা )

---

## মঙাসুবা মতাং

### অনৌস্নুবা উৎপা

তপোবন—সীতাগী খাংবোকপত

সীতাদেবী— ( স্বগত ) করি অমূক বাংলি বিধি,<br>
পীনবা অৱাবা।<br>
করি অমূক হাপ্লি প্রেমদি<br>
ইচাগী কল্লবা।

হায়উ করি কায়গনি<br>
লাইজ তত্তনা থিক্ত্না<br>
লৈপাল মক্ক কংলবা !

কয়া কুইনা হিংথিগনি<br>
পৱৈ কনা চেক্ত্না—<br>
লৈথোক তীম্না চিক্লবা !

মতম্না য়েক্লথিবনা<br>
থবায় ওইরবা কোয়ৌনা<br>
থাম্বী মৈম্নি ওইস্নে !

অমৃত ওইবা লাইজনা<br>
লাইগী নোংদম্ থীবনা<br>
তাঙজ হুম্ন ওইস্নে !

থারো থারো পরৈ থারো,
ওক্লে থারো পরৈ থারো,
হে বিধি নোংদবা!

ওক্লে থাওবা কোরো ঝৈশা,
ওক্লে থকপা চুপী মপং,
কেয়ে হকচাং চুক্তা-ওইবী
লোয়রে লৈথোক পুনশি-লৈরাং!

হে স্বামিন্, হে দেবতে,
করম্বা চুমিথাদা,
রারবা পুনশিংসিগী শাংলবা
থোওকব অসে,
পম্বুং য়োরগবা ঊংলগবা
থশোয় অসে!

( বাল্মীকিগা মহাবলীগা অনী চঙলকপা )

মহাবলী— ইমা! ( সীতাদেবীগী চরণ শোক্লা থুরবা )

সীতাদেবী— ধবলি, ইমাইবুঙো! ( সোগন্ধ লোবা )

বাল্মীকি— ইমা,

সীতাদেবী— পিত. ঙাকপিগনি, কচ্চরি ভক্তি! ( ভক্তি কৎপা )

বাল্মীকি— কুশলম্!
ইমা, ইচুংগী মপাউ পীনবগুম চাইথেনা,

নোংজা চুপ্পা কপ্পরুবী মালেমগী মকাদা,
পুরক্লে রাবন্থ মহাবলীনা য়াইফ-মপাউ ৷
লাইজ লীক্লা তাকুম কোরৌ মঙাল লাক্লবদা
কংলবনি ইমা নঙ্গীন্থ মিৎকী পি থুনা
রঘুনাথগী দর্শন ফংবদা খোরাংলবা !

সীতাদেবী— পিতঃ, কৃপানি !

( মহাবলীদা ) থবনি, ইমাইবুঙো,
তম্মু তাসি মঙ্গলগী পাউ কুইনা ফংথিন্রবা,
রঘুনাথগী মপাউখোল কুইনা তাথিদরবা,
ইঙায়থক্কী উচেক্নি বার' পুনশি-ফৈরাদা—
তম্মু তাসি ইবুঙো মঙ্গলগী পাউ ইমাদা !

মহাবলী— ( স্বগত ) করি হায়না তমসিগে অরাবগী পাউ অসে—
করি হায়না লংসিগে তমথিবা তারোস্তাসে,
হনুমান ঐগী থম্মোয়সিমক্কা নুংথোক্লবা
থাঙবদা রারবা চৈনাখোল মাগী অহকপা ৷
. করিদোনা পীনবিরি বিধি পুনশি অসে—
নিয়তিগী নিয়ম রাংমা লানবা পুনশি অসে !

বাল্মীকি— ইমা. রঘুনাথ অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরি,
নঙ্গী প্রতিমূর্ত্তিনা যজ্ঞগী শরুক য়ারি !
যজ্ঞ অদুনা মরম ওইদুনা তপোবন্দা,
লেঙলক্লে—অকনবা লাল তৌরে বনগী মরাদা !

( সীতা থংলপ তৌবা )

ইশূ অনীমক্কী বিস্থানা মরম ওইদুনা,
চহাক্কং বিশ্রাম ওইবিরি—অচেতন ওইদুনা !

সীতাদেবী— করি পিতঃ,

মাঙলে মাঙলে—( রাহখিবা )

মহাবলী— ইমা ! ( সীতাদেবীবু মতম্বাক্কা কোনথৎপা )

বাল্মীকি— করিগী ইমা তারি লৈমায়থক্তা রারবী,
সনাগী উরী মতম মালংগী চৈনা চায়বী

সীতাদেবী—(স্বগত) য়োরে পন্থং পুনশি কোয়ো,
তয়ে রাচঙ চীঙ্গী নয়োল ।
লোইরনি ঙসিদি থোঙফম
শহুহোয়ো মিৎকী পি ।
থাহোরসম নোংদম্বা
থীরসম শোকপা হযেংমুক ।
সেয়ে মিংচৎথীবা,
কয়ে পতি সেবা ।
পীরে হু-পুবা লিল অনী,
চিয়ে হাৎলে মপা ।
চুঙাইবা অসি মঙায়রে,
তমথিবগী পংথৈ য়োয়ে ।

( বাল্মীকিদা ) পিতঃ, করি থোক্লে হৌজিক্তি,
অঙাঙদা অকনবা খুৎলাই থাদুনা
অরু অরুবা মন্ত্র তম্বিদুনা !

পিতৃবধ তৌহল্লে,
জাতিবধ তৌহল্লে !

বাল্মীকি— করি অচুক পঙথকরিবা ইমা।
ওইরোই থক রঘুনাথ স্বর্গারোহণ,
লেংথৎনি থিকপদা কমণ্ডলুজল।

( মহাবলীদা ) লেঙলসি বৈষ্ণবরাজ।
মহাবলী— মহর্ষি,
ইমাম্ব লেঙনবা তৌবনা করোইব্র ?

বাল্মীকি— বৈষ্ণবরাজ,
মতম থিক্তং মিন্তুন ওইরি !

( হনুমাননা নীংবা কারবা উবদা সীতাদেবী )

সীতাদেবী— থবনি, ইমাইবুঙো,
রাবগুম তৌরি করিগী নও ইমাগী অসুক।
মুপী ওইবী ঐথোয়গীদি—
ইপুরোয়বনা ধর্মনি,
ইপুরোয়বনা গুরুনি,
ইপুরোয়বনা তপস্যানি,
ইপুরোয়বনা দেবতানি,
ইপুরোয়বনা স্বর্গনি !
ইপুরোয়বগী পুক্নীংগী পোইবৈ তুংইন
নোংজু মুংশা থাঙবদা
নোঙ্গা লৈ মুত্তাই পুনা।

ইমাগী থাংবোকণঙ্‌হংসিদা

নৈদো হুডাই কৌবা খিবিক লোইনা তিন।

চৎলো ইমাইবুঙো,

রঘুনাথকী থৌগল ঙাক কানরে,

চৎলো থীনবা রাধরে।

( মৈ মুৎপা )

# মণ্ডাসুবা মতাং

## অহুমশুবা উৎপা

### লম্বী

( ভোলানাথ চৈত্ত শুহুনা চঙলকপা )

ভোলানাথ— লাকখিদরেদা ঐগী ইচাসে ! মী পুম্নমক্তি লাক্নে, মাদি কৈদা লৈহৌরবা ! (কমধবা) লাইগী নোংদম থীবনা পোকপদগী হৌজিক ফাওবদা লাইরবগী কফুত্তা পুথদ্নদ লাক্নে। হৌজিকপু অমুক ইচা শিরবনিগা হায়দ্না পিগুগা পীবিনিঙায় লৈতদ্না পুংকী কোমদা লৈথরবদা করিনো ওইদোবা—মাঙলেদো ঐদে। (সোর মপী হোনবা) ফত্তেদা লাই নডসে ! হা ধম্মো কৈদা চৎপ্রবগে নঙবো— ৱাথরেদকো ইপাদে !

ধর্মব্রত— পাবা, ঐ লাক্নে। ( মপাগী মখোঙ শোক্না থুরুম্বা )

ভোলানাথ— ধম্মো, ইপাদি ৱাক্নরেদা ( সুৎ সুৎ কপ্পা ) মীনদি লাক নঙনদি লাক্ত, ৱাক্নরেদা। তম্মু ইপাদা'হুক তম, লানগী পাউ, তাগে— তানীঁডি ইপা !

ধর্মব্রত— থঙদে পাবা, তন্দুম অমত্ত !

ভোলানাথ— য়েঙ চোত্ত্বা অসিদে ! লাল চৎলুবগা পাউ থঙদে !

নওবু লাল থক য়াওরক্তরা ! করি করম ভৌবা
তমুনে—তাগেনে !

ধর্মব্রত— চহীসিদা কোয়দোমথৈ কোয়করে, কোকায় কোকায় বীরগতি তাল্লোরে, ঐখোয় হিংহোবা মথৈনা চহীদ খুনা কাবা মুম য়োবদনা অকনবা অচেৎপা লাইনিং ওইনা লাকপনি। অছুবু কৈদৌনি ! য়োরমদাই হিরাম্রেরে। ইনক নঙ্গা বাল্মীকি তপোবন্দা অঙাং অনীনা শগোল কারে, লাংগোমগী তেল শূই—ব্রহ্মাস্ত্র ভাক : মখোয়গী মখুত্তা তোয়া হেক্ত তুবা, কনাগী রাম-লক্ষ্মণ, তুম্মিৎ-কাও হেক্ত শিৎপনি।

ভোলানাথ— এঃ নওলো !

ধর্মব্রত— কদায় হিংদোরিনো !

ভোলানাথ— অছুবি করম হিংলকপা !

ধর্মব্রত— বাল্মীকিনা ঊশিং চাইহনা।

ভোলানাথ— আঃ শোয়রম্রিদা,
ময়ম ওকইদা মাদে—য়াইফসন্ত !

ধর্মব্রত— হায়া তুংখবশিংবুদি তুম্রে, ঐখোয়দি মহাকী মগুণনা লোইনা হিংলবনি। শগোলগায় পীরক্লবনি,

যজ্ঞগা অমত্ত কায়ববোই। ঋষি হায়বসিদি থ্বাই
পূম্বগী মদলগী মশক্তি হাযবদো চপ হেক চায়।

ভোলানাথ— অছুনবু মমম ওকই হায়নম্বিবসিনি, মানবু মমম
ওক্কমত্রবদি ঐ পূম্বাও মাঙলবনি।

( মৈ মুৎপা )

---

# মঙাসুবা মতাং

## মরিস্নুবা উৎপা

### যজ্ঞ সভা

( চারণশিংনা ইশৈ থোগল তৌবা )

### ইশৈ

অযোধ্যা চীংদোঙ রঘুকোম্দা থিরে নঙনা
মিংচৎ উরো·—
প্রেম্না তাবা উরোংনিদো প্রেমগী মশেক
লোইনা ফাওবা ।
লৈতেংলিদো 'হুদা অমুক অতিরথী—বিজয়বাণা ।
নীংথি নীংথি রঘুনাথ রাজন্ নঙী মিংচৎ উরোং :

রাইফৈ রাইফৈ বসুন্ধরা রাজন্ নঙবু মপু ওইবা,
শকরনি যুগ অহম লীনরনি রামরাজ্য '
ফংজরনি ধর্ম ঙাক্নৌ লৈজরনি লৈবাক ফিদম,
নীংথি নীংথি রঘুনাথ রাজন্ নঙী মিংচৎ উরোং ।

সনা ওইবা রাজন্ নঙনি তম্ফা ওইবী সীতা মানি,
তম্ফা থিনবা সনা লীকফাং থোরে ত্রেতা
লাইবক-ফবী !

হৌজিক করে ভুংম্ব য়োক্নে অমর ওইরে রাজন্ নঙদি,
নীংথি নীংথি রঘুনাথ রাজন্ নঙী মিংচৎ উরোং!

(বাল্মীকি কুশীলবকা চঙলকপা)

রামচন্দ্র— মহর্ষি, কচ্চরি ভক্তি,
লৌথিবি আসন।

বাল্মীকি— কুশলং তে রাজন্!
(অভাঙ'নীদা) ইশূশা, চরণদা ভক্তি!

কুশীলব— (চঙশিন্দুনা থুররা) নমোস্তু দেব শ্রীচরণকমলয়োঃ।
(রামচন্দ্রনা কোন্দুনা সৌগল্ল লৌবা)

বাল্মীকি— আয়ুষ্মন্,
যজ্ঞ নীংথিজনা সম্পন্ন ওইরে,
ল,ররা মিংচৎনা নহাক্কী ওইরে।
ঙসিগী হুঙাইররা বিজয়োৎসব অসিদা
চতুর্বর্গগী তোমথিল ওইবা লৈরাংশিংগী মমাঙদা

ঐগী থরায়মক শকচররা ইশূ অনীনা
বীণা পায়ত্থনা
ঐগী কোটি জন্ম তপস্যাগী ফল শক্লবা
থরায় হকচাং পুক্নীং কৎ ভাল লয় সুর পাঙররা
রামায়ণগী থৌগল ফংজনহু।
মথোয়গী চুংশিররা খোক্কো
গোমতী তীর্থ ঈহৌরনহু,

নৈমিষারণ্য ঈপোয়রসমু!
নন্দী নাম্না মালং পুৰা ঈথক ঈপোয়রসমু.
জগৎ পুৰা লোইনা অয়ানবা শুভয় ৰুনরসমু!
পাপকী কাওলুপ লোইনা ময়ায় চায়বা ওইরসমু
পুণ্যগী কাওলুপ্পা ময়ায় কাওবা ওইরসমু!
স্বৰ্গগী মঙাল তাবা ওইরসমু মালেমদা,
তাহোৌরসমু আ তুংগী যুগ পুৰা কাওদা!

রামচন্দ্র (অঙকপা সুঙাইবগা লোয়ননা) ইবুঙো অনী,
নথোয়দি অস্ত্রবিদ্যাদ নত্তনা সঙ্গীতমু শুৰা!
ধন্যনি নথোয় অনীসি!
য়াইফেদা সতী ওইবী নমাদো
নথোয়বু গর্ভদা পুজবা!
য়াইফে য়াইফে নথোয়বু পোকপদো
নথোয়বু মমাঙদা থাজবা!
হৌরসি ইশৈ হৌরসি!
(মোমোয়োক্তনা) নহাম্না থবায়গী লেং খোকথিবনা
তুরুরে তমসা খোঙবান্দা,
হন্দক্লা খঙোয়গী খোক্লবনিনা
তুবা তারি আন মাঙ মওপন্তা।
সুরগী তেম্না থায়সি,
হোজ হোজ ওয়োক্লা চোম্না তারি
(বাল্মীকিদা) মহর্ষি, কমণ্ডলু মঙোং অমুক তাবা তাম্লিদো!

বাল্মীকি— ( নোক্লা ) ফপানি ! ( লোইনা নোক্মিনবা )
( কুশীলবতা ) য়াবে তৌবো থোগল ।

( ইশৈ )

পৃথ্বী-ভার কোক্তে বেদধর্ম য়োক্তে
কৃষ্ণক্তে গোলোকী মবুঙো
রঘুকোন্দা চঙলে রাম কৌনা পোক্লে
জগৎকী জগৎকী মবুঙো
ফজবা শকফম্নি ঙুংশিবা শক্তম্নি
মিৎম্রা'নীনা থঘানকানি ।
শংবানুবা ফুচুনি অশংবা মণিনি
কৌশল্যাগী ফিজিগী লম্নি ।
চৎলি নৌনা বন্দা কৌশিকী আশ্রমদা
থেংনৈ লোই তমথিবী তাড়কা ।
থায় পী লোইনা কৌশিক মন্ত্র যন্ত্র থিবিক
পীনৈ তম্না অস্ত্র জৃম্ভকা ।
লোই হিংচাশিং কোন্দায় ঙাকই সত্র তরাই
থুংনৈ পেঙে মবুক কৌশিকী ।
চৎলি তন্ মিথিলা সীতাই স্বয়ম্বরা,
থেকই পোম্বা লীক্লং শিবগী ।
শীংনৈ পরশুরাম লৈফদে অনী রাম
তানৈ তমহুম মশাই মহাম ।
ককচৈ মশাই থোঙভম খিংনৈ মরোল অহুম
পান্নে ক্ষত্র পুক্লীং মকা লাম ।

পিতৃ সত্য ঙাকই বন্দা নোক্লা চৎলি
পেল্লো ইপা পেনবনি লাইয়াম!
শূদে থূৎশূ চক্র ওইনৈ ভেক্লা অস্ত্র
থেংনৈ লোই রক্ষ কয়াম কয়াম।

হুখি 'ঢুবু সীতা পুখি অশোক বন্দা
মিতাক রাবণনা নীংখিবী।
কপখি রাম সীতাগী কপখি সীতা রামগী
য়াই শরুক থ্বাই ভাবুক শিন্থে পি।

বালি নিংথৌ হাৎলে স্বগ্রীব্ নিংথৌ সেন্নে
খিংলে পন চাম্-পাকপা সাগর।
শোইরে রক্ষ তুম্না হাৎলে বাবণ তম্না
তৌরে জানকীগী উদ্ধার।

'গ্নি পরীক্ষা লৌরে তুবুম অমা শোক্কে
অঙকপা সতীগী মগুণনি।
নৈবাক মবুক থঙলে সীতা বন্দা থারে
নিংথৌদি প্রজাগী পানবনি।

থুগ্লখোই সীতা-প্রেম মুংদা ফত্ত মতম
য়াখি যজ্ঞই শরুক প্রতিমা।
চৎখি প্রেমগী পূজা চখ্খি প্রেমগী সেবা
শেংখি তত্ত্বে পিনা প্রতিমা।

য়ারে সতীগীদি নৈরি 'ঢুবু 'বদি
তমসিগে করম অরাবই পাউ!

নিংথৌকোন্দা হনবা লৈমকোন্দা পোখা
মানিদো লৈরাং 'নীগী মপাউ।

থীক লাইগী নোংদম তাক বন্দা পোকখম
য়োম্লি লৈমা উকুনা মণি।

কপ্লি তৎপ লৈত পিনা কংবা থঙদ
ওইরগত্রা বনগী 'সুম মণি!

নহাকী ইচ্ছারা নিয়তি মকোয়া—
থৌগন্নিদো মাদি লীলাময়।

শায়থৌ ননীংনি জগৎ কল্যাণগীনি
ইচ্ছানিদো নঙী ইচ্ছাময়!

( মথুং লোয়ছনা ) দেব,
গুরুদেবগী কৃপাদগী
থঙজবা থবগী মথৈদি
সিনা লোইরে, লোইজরে থৌগল—
কচ্ছরি ভক্তি। ( থুরুম্বা )

রামচন্দ্র— ( পি তাদে হায়বদ থাকপা ) ইবুঙো অনী.
নথোয় করি পাম্মি ?
মণি পাম্বা,
সনা পাম্বা,
রূপা পাম্বা,
অযোধ্যাগী সিংহাসন্দি কমদোই—পাম্বা ?
হায়উ করি পাম্মি—

থাকপা তৌররোই রাম ঐনা পীবা
চমথেদি !

কুশ— দেব,
ঐখোয়দি তপোবন্দা পোকচবনি,
ঋষিকোন্দা চাউজবনি,
রূপাগী মহাউ খঙজদে,
মণিগী মগুণসু খঙজদে,
পোক্কে কদৌ ঐখোয়দা সনাগী মিহৌ—চঙদে,
সিংহাসনগী অনৈবা থৰ্মনা হেন্ পামজদে—
নৈ ইচীন্নাওনা পামজবা অমথঙংদদি !

লব— (স্বগত) হুঁ ফংকম থোক্কে,
করিমত থোক্কে।

রামচন্দ্র- করিনো হায়উ,
হায়উ করিনো হায়উ !

কুশ— ফংজয়ে শ্রীমুখদর্শন্দি,
ঈংলে খশোয়।
ফংদ্রে 'হুবু, নৈতে আশা, মহাসত্তীগীদি—

লব— ( স্বগত ) অরাবনি, কোক্লয়োই ঈথৌ, ফংলয়োই দৰ্শন !

রামচন্দ্র— ( হয়াউ-ওক্লপ চঙশিন্দুনা মচীয়নাওদা ) ইবুঙো'নী,
হায়উ তাসি হায়উ,
করম্বা রাখলগী মথা পোম্দুনা
অঙাং নরা ওইরিবা মচীদাওনা

ইবেম্মা জানকীগী দর্শন 'দুক
উথো লাংলুরিবা ?

কুশ— দেব,
রামায়ণনা ঐখোয়গী শিক্ষানি,
ঐখোয়গী দীক্ষা, ধর্ম পুষনি ।
ফংজরে ওসিদি শ্রীমুখ দর্শন খোয়রাংবা,
ওইরে থওলে তপস্যা থরমখৈদি সিদ্ধ,
অরাবনি 'দ্রবু তম্নমান্নে থম্নো 'সিদা !

লব— দেব,
তাংথক্লাইবা পুনশিগী তাংথক্লবা খোঙচত্তা,
পিতৃ-সত্য পালনগী বনগী রাষ-খোঙকমদা
নোংজু-ন্নংশা নোক্না থাঙ পতি-সেবা তৌথিবী
মপুরোইবই মচাকথং নোক্না মৈদা চঙথিবী
রাহে কায়গ্নস্ত চম্নমদ বন খোঙদাখিবী
সতীগী লৈতেং ওইবী মানি ইমা জানকী ।
ফংত্রবদা মাই দর্শন অরেম্বনি তপস্যা !

( কুশদা ) ভ্রাতঃ,
তম্নমত্রবনি মপুং ফাও ঐখোয়গী তপস্যা !
( নীংবা কায়বা সোর হোনবা )

রামচন্দ্র— ইবুঙো'নী, থওম্রে, নৌবানীসে বিধাতানা
করবা পোৎলমা সাক্নরবা 'মূক দুংশিনা !
নৌবানীগী মায়খোং উবদা ইচুং খজিক ওজবা

মৌবানীগী থোনফম তাবদা
তায়াগীগুম মুংশিবা,
নৌবানীগী নগুণ উবদা কুমারগীগুম অঙকপা—
খঙহৌদনা মিংকপ্পি পান্নি পাম্বা
পুকচেল লকাদা,
মুংলি তম্ জানকী-কায়ন-মৈ চাক্লিবা
খম্মোয়স্কংদা—
পুম্নখিবা তাই প্রেমগী লীপুম্না
হৌদ্রবা লাঙোন্দা
আয়ানা মপ্রে মম্না খম্মোয় মশেম্নদি খঙলবা।
লাউ তোয়্রো লাউ সতীগী দর্শন,
লাউ তোয়্রো লাউ সতীগী পূজা,
করি কংলোই সীতাই দর্শন রাম ঐনা
লৈবা মকমদা।

( সীতা মন্দির থোঙ হাংদোকপা )

কুশ— ( প্রতিমা উবদা ) অস্থ,
( লবদা লোয়্নপ ) ইমাগী মাম্রা ?

লব— ( কুশদা লোয়্নপ ) মানি ভ্রাতঃ মানি।

রামচন্দ্র— ( কুশীলবতা ) মৌবানী জানকীগী গর্ভগী তীল,
ঐগী উ,
সূর্য্যবংশগী সনা লীকথাঙ, ওঃ!

জানকি, চায়থোইবি— ( তুগে ভোবা—
লক্ষ্মণনা ফাবা, আসন্দা লেংশিনহনবা,
লোয়ননা অচাং অনীবুম্ব পুশিনবা )

( মরক্সিদা বাল্মীকি মহাবনীদা )

বাল্মীকি— বৈকবরাজ,
য়াম্বে, মতম ওইরে, ইমা তম্না 'মুক্ত !

( মৈ মুৎপা )

# মঙাসুবা মতাং

## মঙাসুবা উৎপা

### যজ্ঞ ক্ষেত্র

( বিজয়োৎসবকী ময়াম পনবা, রামচন্দ্রগী চংঙোইতবা উবদা
সভা লোইনা মক লুক্‌না তুমিন তুমিন ফমবা )

( মহাবলী চংলকপা )

মহাবলী— প্রভু, ননাই থবলী শ্রীচরণদা ভক্তি কচ্চরি !

রামচন্দ্র— কুশলম্‌, মঙ্গলগী করি পাউ ?

মহাবলী— মহর্ষিগী য়াথং মতুং ইন লেংলক্লে ইমা,
শ্রীচরণ দর্শনগী ভাইজরি থৌরাং মপান্দা !

রামচন্দ্র— ( বাল্মীকিদা ) মহর্ষি লৈবাক্লা করি হায়নি ?

বাল্মীকি— শ্রীচরণদর্শনগী অধিকার
লোইনমক্কী লৈকম থোকইনা !
করিগী লৈরোই রাজন্ মতৌগীদি ?
লৈমক কমলো মনাথুত্তী কংতম থোকইনা !
উ করিনো! করি লাকপা ভাবিবা ! ( অথুকপগী
লোয়ননা মমিং উইশিন্দুনা )

ঢাকপিনি প্রভু, ননাই বাল্মীকিনা কবি থগুমনি !
ইচ্ছাময় নঙ্গী ইচ্ছানি,
তোঙবা বাল্মীকিদি নিমিত্তদ ওইজকবনি !
( সোর মপী হোনবা )
গচ্ছতু যদিচ্ছা পরিপূর্ণতাম্ !

রামচন্দ্র— চুশ্লি মহর্ষি।
( মহাবলীদা ) য়ানি চঙলকপা নমা।

( সীতাদেবী লেঙশিল্পকপা, সভানা জয়কার তৌবা )

সভা— জৈ সতী সাধ্বী পতিব্রতা সীতাদেবী কী জয় !

সীতাদেবী— স্বামিন্, ( খুৎশা থীনা ) নত্তে লায়ে, দেব,
তোঙবী ননাই জানকী শ্রীচরণদা
ভক্তি কচ্চরি ! ( খুরুম্বা )

কুশীলব— ( খোঙথাং য়াংনা য়াংনা চঙশিন্ ) অম্ব ! অম্ব ! ( খুরুম্বা—
সীতা দেবীনা সৌগম্ব লৌবা )

রামচন্দ্র— সতি, নীংসিংলি, নত্তে উরি শংশং মিৎসিনা
নঙ্গী অঙকপা অগ্নি পরীক্ষা,
জগৎসিদা মানা চাঙবা লৈত্রবা যৈনা
নত্তু তুবুম্না কাও শোকখিদবা,
শমজিরৈপী লৈচু লাংখিদবা,
নাচোমপী লৈরাং তদেক লাকখিবা
কিরোয় কিঙাম 'মত্ত রৈথুখিৎকাও চুখিদবা,

ভদেক তনৌ নীংথিজনা মৈদই থোরকথিবা—
স্বর্গগী লাইরাম
মর্ত্যগী মীয়াম
পাতালগী লিন-য়াম—
মরোল অহমগী জয়কারনা মালং ঈথরকথিবা,
নৈগী নোংনা নকোকথক তংপা নৈত চুথখিবনা
নৈনা খঙা নাইখিদ নন্দনকানন নৈথয়খিবা—
ঙসিদি মঙ তারে—কায়রে !
উহৌদে অযোধ্যা থাজদে 'হুনা অয়াবা।
"পাপি রাবণ হয়ককম থোক্কে লেংনা থক সীতা,
চুমদবনি রাম মাবু পুরকপা অযোধ্যাদা,
মনখি খিক্তং সীতাদা চিংথরে রঘুশাগে
পুক্রে লোইনা মশাগীমু রাশি গুণগী চেকৈ"
ঙাঙৈ তক্তে, থাকই হুনা নঙবু লোই তন্ বন্দা,
তাহৌদে নপাউ কোবা হুঙাইখিদ থম্মোয়দা।
থঙলে 'হুবু ঙসিদি মহর্ষিগী কৃপানা
লম্ন্ সতী ওইবী নকাদা লোয়ন্ থম্মোয়না !
ঙাকউ সতী, লোয়ননা, কয়্ নশা মক্কবা,
কয়্ নপুরোইবা সতী নঙবু হুংশিজবা,
কয়্ নশাগে অমকপা মচেৎমা পক্ন্বা,
চাউথোকচহৌবমসু চায়োম্না তুংদা লাকপা—
( চঃশিন্নুনা থুজেং পাম্লোইনবা ) জানকি, চায়থোইবি,
রাম ঐগী প্রেম-সরোবরগী ঙাহু-থংগোং।

( মমায় কোনথন্ত না ) নঙ ঐগী অয়াবসে কোকপা ঙম্বোইদয়া,
মমুশাটেগী অমকপসে কোক্লোইদয়া !
করি ঙমদনি,
করি কোক্কনি !

য়াম ঐগী প্রেয়া
ঐগী প্রেমতনা
নোক্না নোক্না মৈহুংদা চত্তবা ঙবা নঙনি,
সনা ফুদোংবগুম থোয়কথিবা নহাক্নি,
করি ঙমদনি,
করি কোক্কনি !

সীতাদেবী— দেব,
তোঙ্বী জানকী প্রজাহুবীনি—
লৈ ফং থরায়না মুৎপা তারকাও
পিনা রাথৈজবদং নত্তনা
লৈজক্কনি 'মুক করি সামর্থ্য !

হে স্বামিন্, হে দেবতে,
তোঙবী ননাই জানকী অর্দ্ধাঙ্গিণীনি,
সহধর্ম্মিণীনি—
ইপুরোয়বগী য়াথং ইয়াথংনি,
ইপুরোয়বগী ধর্ম ইধর্মনি !
কচ্ছগনি শ্রীচরণদা,

লৈবাক পুৰগী মমাঙদা

নীংখিবা পরীক্ষা ওসি তোল্লবী জানকী!

মক্লোই কদৌ ইনিংখৌ,

মক্লোই কদৌ ইশাগে,

জানকী কৌবী ঐশী ইহাকথং

মক্লোই কদৌ থবায়গী মবুঙো রঘুকুলমণি!

( কুশীলবতা ) ইমাগী মণি অনী,

খঙহৌ নমা ঐ মক্তবানি,

ধর্ম কদৌ কায়রবানি!

( রামচন্দ্রদা ) হে স্বামিন্, হে দেবতে,

নয়াথং কোক্তা থোং কচ্চরি শ্রীচরণদা পরীক্ষা।

ওসি গোমতী তীর্থগী থোঙবাক্তা,

নৈমিষারণ্যদা,

তিনবিরিবা নিংথৌ পূন্নমক,

ব্রাহ্মণ, মুনি, ঋষি পূন্নমক,

সভাসদ, খ্বাই প্রজা পূন্নমক,

মথোর লোইনা য়েংবিহোরো!

চুম্নিথা, মৈ, ঈশিং, হুংশিং,

নথোর লোইনা খঙবিহোরো।

লোংথক-নোংখা, মায়গে নীপাল

নথোয় লোইনা সাক্ষী ওইবিহোরো!

মেঙপাজিবা, অচচ্চত্ত অপুৰা—

চীং-মাল, তু-খোং, পাং-কোম,

উপাল-বাপাল,

শা-উচেক, কৌজেং-কৌয়া,

তীন-কাও

ঈশ্বরগী খুৎসেম্নি লৈরিবা পূমমক,

নখোয় লোইনা উবিহৌরো,

তাবিহৌরো !

ইপুরোয়বগী দমক,

রঘুশাগেগী দমক

জানকী সতী-পরীক্ষা পীজরি—

জানকী কৌবী ঐহাক্না

শ্রীরামগী চরণ নত্তনা

অতৈ অমা নীংদ্রবা,

শ্রীরামগী বাখল নত্তনা

অতৈ'মগী খল্লবা,

মহাকী মনাই ওইহৈগী

মহাকী চরণ ফংহৈগী

অমম কৌবা চৎলক্‌ত্রবা—

নাউবাগী ওইবা মুংঙাই-মঙলায়না

পলেমগী ভমদা খঙহৌদনা তিনখিবা-

শৈহেক-খোঙাং-ভরবা,

শৈশক-কাঙলোল-মূরবা,

শৈরোল নাইনা শৈশকপা

মতম কৌবা চৈজিংবা
শৈয়োল মথং লৌরকপা
মুন্দা-ওইবী পুনশিদা—
প্রেম্না মিকপ থোক্লকই
পুনশি-লৈকোম্না লৈফম ওই
থবায়-হকচাং-পুক্নীংনা লৈর্বাং ওই
শ্রীরামগী প্রেমতনা লংলা ওই
লৈর্বাং পরেং কৎলকপা
ঙসিফাও কায়রক্ত্রবা—
বসুন্ধরা কৌবী ইমানা
অয়েঙ্গা সাক্ষী ওইবিদুনা
পীনবা ওইরসনু জংলবা মতম ইমাগী,
কোক্লবা ওইরসনু কালিমা রঘুশাগৈগী,
জংলসনু মথঙ্গোয় ইবুঙো শ্রীরঘুমণিগী!

( মথুং লোয়রুবা ফমথবা—বসুন্ধরা স্তুতি তৌবা )
হাংলো ইমা নুংথোঙ বসুন্ধরা দেবী,
তাক্লো মুক্ত নচা ঐ সতীনি দেবি!
ধর্মাধর্ম পাপপুণ্য থোকপনি
লোইনা নঙোন্দা
থঙবনি লোইনা নহাক্তি
সাক্ষীনি নঙদি লেঙদবা!
তাক্লো 'মুক্ত ইমা নচা ঐ
মরুবীনি জগত্তা

কলোয়াউ 'মুক্ত মচাবু নোংদম ঙীক
য়ায়খুরিবা!
হাংলো নুংখোঙ খোজানহৈবি
পীয়রো সাক্ষী অকনবা,
কলোয়াউ হুজা শাগৈ
চিংথহৌরনি আ তুং কাওবা!
রঘুনাথই প্রেম হুংদা চল
তয়রে ইমা মঙ্গী তম
থরসি ওক্রে পুনশি-ঙইচেন
পীখিরো ইমা নতম!

( নীয়া খোংনা লাউনা লৈমায় শেগায়রকপা, পৃথ্বীমাতা কাওগৎলকপা, সতাগী জয়কার )

লৈবাক মীয়াম— সাধু সাধু—
জৈ পৃথ্বী মাতা কী জৈ!
জৈ সীতাসতী কী জৈ! ( লৈগী নোং )

পৃথ্বীমাতা— ইমাগী ইবেমা, ঙমা লাক্লে হৌগৎলো!
( সীতা চেঙ্ছিনবা—পৃথ্বীমাতানা ওকপা, সৌগদ্ধ লৌবা )

সীতাদেবী— ওক্রে ইমা, লোইরসি পুনশি লীলা,
পীনরো অঙৈবা নতম। ( কপ্পা )

পৃথ্বীমাতা— ( সীতা কোয়া কোয়া ) কুয়ে 'শিমঙায়রে, অয়াবা লীলা,
ওক্রে ইমা, চৎলসি ইমাগা মতি!

(মমামকা) পুরে মখি, লৈহৌরো তেংমাল,
মাঙজরে কদৌনি পঙজমল।
(সীতা পুথবা)

সীতাদেবী— (কুশীলবতা) ইমাই মখি'নী, কুশলম্!
(মহাবলীদা) খবজি, কুশলম্! ননাঙ'গী—(লৈমায় তাইশিনখিবা)

কুশীলব— অয, অয, (তুথখিবা—মহাবলীনা কোনথংপা)

(রামচন্দ্র শাউনা সিংহাসনদগী থোঙথাং কিৎ কিৎ নেৎনা কুমথবা লীরি তেংগা থোংবা পৃথ্বীদা চীংলকপা)

বশিষ্ঠ— মাঙলে আয়ুষন্—(থাম্বা)

(রাম্না শাপ'মা থঙনীং নীংসিংলকপা, তারাসতী উরকপা, মীচৈ শংশং তাবগুম তৌরকপা)

করিগী হাৎলি রঘুমণি
মরাল লৈতবা ইপুরোইবা।
থৌজালহৈবা কৌনৈ নঙবু জগৎনদি,
তমথি করি অস্তক তাবা ঐঙোন্দদি!
ফংবা ওইয়ু জানকী তন্নমক,
কায়বা ওইয়ু 'হুবু 'মুক হন্নমক,
কপ্পা কপ্পা লেনবা ওইয়ু পুনথি
কৎলি তারানা শাপ রঘুমণি!

( লোয়ননা বাল্মীকিগী শাপম্ন আ তায়া
ভাবগুম ভোয়কপা )

য়াইফ কৌবা যংলম্নু চেকাম্না
মতম্না পাজিম্‌থৈ,
হাৎজুনভায় থংগোং নাম্বা ফুজোল
পাদোংনজম্নিংগে !

রামচন্দ্র— জানকি, চান্নথোইবি,
রামগী প্রেমসরোবরগী ভান্থথংগোং ।

( লোয়না লোয়ননা ফিজং তপ্না তপ্না থাধবা )

---